শিক্ষা বিভাগ, মণিপুর সরকারগী মতেং য়াওনা ফোঙ্‌বা

# শঙ্কররত্ন

অইবা –

শ্রীমৎপরমহংস পরিব্রাজকাচার্য্য

শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি

বেদান্তাচার্য্য

সম্পাদক—

শ্রীলাইশ্রম নীলচান্দ সিংহ

রিটায়ার্ড ডেপুটি পোস্ট মাষ্টর



[ ফোঙবা — জ্ঞান মন্দির,

ইম্ফল

মমল — লুপা ৩.



শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি

বেদান্তাচার্য্য

# ঐখোয়গী বা

মশাদগী হেন্না মমল্ য়াম্বা করি পোং লৈবগে? বাহং অসি হংবা তারবদি, করি খুমগনি? অয়াম্বনা নোক্কনি, খরনা মখোয়গী খুপী, মচা, ইঙ্গ্লংনচিংবশা—মশাগী থয়াম্বদগী হেন্না মমল্ য়ামই হায়না খুম্না য়াই। তৌইগুম্বসুং চাং য়েংলবদি অয়াম্বনা কেন্স ওইগনি। অহবু গুরুদেব শিবানন্দনদি খুমখি—"হয়! ঈশ্বরনা খাইদগী হেল্লি।"

মথক্তী গুরুদেবগী পাউখুমসি কৃপা খঙ্জিল্লুরগদি মশাগী ওইবা পাউখুম নংলমদ্রে। ভারতকী সনাতন্ ধর্ম্মগী চহী মক্কম খঙজ্রবা মতমদগী লাউহনা লাক্লবা পাউখুম ওইরম্মে। উপনিষদ্, বেদ-বেদান্তগী পাউখুমনি। লেঙবা য়াত্রবা মুক্কম্মি। মসি শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন্দা অশেংবা জ্ঞানগী মরমদা গীতাগী তরেংশুবা আধ্যায়গী ২শুবা শ্লোক্তা তাকখিবনি (গীতা ৭। ২)।

মথক্তী পাউখুম অসিদগী অমুক খঙ্গবা তারগদি করি খঙলে? মীওইবগী পন্থুংকম করিনো? হায়বসে তাক্লে। God না ঐখোয়গী পন্থুংকম্মি। পৃথিবীদা লৈরিবা ধর্ম্ম পুম্নমক্তী মুক্কমশু অসিনি।

God realisation হায়বসি হায়দোকপদবু লায়য়বনি, খবক্তদি মসিনা খাইদগী হেন্না লুবনি। মহেৎ শাস্ত্র, অশাবগী মখা পোনবা করিগুম্বা খবক অমত্তনা মাগী মনাক দকপা কাওবা

য়াদে। অপাম্বা থাদোক্লনা শ্রবক তৌরক্তনা মাগী মনাক য়ৌবা ওমই। মসিবু গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা য়াহৈ অনিদনা কোঙদোকই। মহুদি 'কর্ম্ম যোগ'। ভারতকী পোকচবা ঐখোয়গীদি মকম খঙজবা খঙজদগী মতম অমদা লৈরম্বা মুনি ঋষিশিংনা প্রকৃতিগী অথুপ্পা অপেংবা মশক অসি ( Natural Law ) খঙদনা ( God is the final goal) হায়বা পাউথুমসি পীখিবনি। ভারতা পোক-চবা ঐখোয়না খ্বাইদগী হেন্না লাইবক ফবা হায়বদু ওইজবনি। মথংদা কয়ি তৌরগা "God realisation" ওইগদগে হায়বা মতাংদনি ঐখোয়গী খ্বাইদগী হেন্না লুবা মতাংসি। মতাং অসিদসু মুনি ঋষিশিংনা চংকদোবা লম্বী পেংনা তাকপীরমই। কোঙজরিবা লাইরিক অসি মতাং অসিদা চঙলকপনি।

পৃথিবী অসিদা লৈরিবা খৃষ্টীয়ান, মুস্লিমচিংবা ধর্ম্ম কাঙলুপ কয়াসি ওইনীংবা ধর্ম্ম অমা ওইসনু God কী মরমদা চপ চানা খিবা তারবদি ইহান হায়বদা Self discipline চঙই। হিন্দুগী-দি যোগী ঋষিশিংনা চংকদোবা লম্বী য়াম্না পেংনা অককুবা লম্বী তাকপীরমই। মতমগী মতুং ইন্না লোংদোক লোংজিন লৈরক্কে। খাইদগী চুমহুনা লাকপানি, অদুগা চুমহুনা অদুমক লৈরমদোবনি।

অরুহনবা পাতঞ্জলি ঋষিনা তাকপীরম্বা অমসুং হৌজিকা ঐখোয়গী গুরুদেব পরমহংস যোগানন্দ স্বামীনা ঐখোয়বু খঙহনবা পেংলা কায়বা তৌবনা কর্মগী লম্বীদা তাকপীরকপা

মিরৱ মঙাখক ঐথোয়না ময়ামগী কানগদ্রা থওহৎনা লাইহিক মচা অমা ওইনা কোত্তরকনি। মথিংনা পঞ্চযন্ত্র কৌজরে। মরমদি লাইহিক মচাসি পায়া মঙাদনা শাৎনি মথুদি ব্রহ্মচর্য্য অহিংসা, সত্য, অস্তেয় অমসুং অপরিগ্রহ।

God না পন্থুংকফি হায়না থন্দুনা ঈশ্বর খিরকপা তাবগদি, (Self-realisation) পাগগদি মথক্কী মঙাসি শোয়দনা চাকপা তায়। ঐথোয়সু নৈবাকী, সমাজগী অমসুং ইশাগী য়াবিবমখৈ অকবা লম্বীদা থাংগৎকে থিরবদি মথক্কী মঙাসি তাকবা য়াবনি।

হৌজিক্কী মতমগী Food problem, Population problem নচিংবসি ব্রহ্মচর্য্য খজিংসুং ইনবদা ইরায় লায়না solve তৌবা য়াবনি। সংকোরনা পৈশা কয়া তিংনা অহিংসা অমসুং abortion না (মীরোনবা অঙাং মাঙহনবা) কবিগুর্বা মওমদা solve তৌবা য়ারোই। কহনবদি লায়রবহুনা অবৌবা problem ময়াম হেনগৎহল্লি।

মণিপুরদা অঙাওবা মশীং অহকপা কংনা হেনগৎলক্লিবা অমসুং নৈমৈ অহল-লমন মরক্তী চহী য়ায়রুপা জ্ঞান মাঙবা মশীং হেনগৎলক্লিবসিনু নহা ওইবিদৈদা বুদ্ধাৱোনগী ইরাং হেমখিবাগীনিঃয়াবসিন্নু বেমগী মতনি। হৌজিক আমেরিকাদা চহি মিতুদী মথক্কী মিপা 40% Impotent (বুদ্ধাৱোম ওথগ্রবা) ওইবে হায়রুনা অথওঅহে করানা নৈনরকপদা ব্রহ্মচর্য্য বাৎপদগীদি হায়খসি য়ানরক্লি। মরম অসিনা ঐথোয়না জাতি কইনগে হায়রবদি মরু ওইনা স্কুল, কলেজগী হৌহুনা ব্রহ্মচর্য্য কবিবো

খঙহনবা তাই। মসি খল্লিভং হেক ঙাকপা ঙম্বা Population Problem, Food Problem, অমসুং Crime Problem ফনা যায়া নীংথিনা ফংনবা ঙমগনি। হৌজিকী স্কুল, কলেজ, ইউনিভর্সিটিগী লাইরিক্তা moral অমসুং self-discipline গী education য়াওরক্তবদগী নৈবাকী, সমাজগী নৈথা তাম্নবগী মরু ওইরকপনি। Moral character য়াওদবা education দি অরেম্বনি। অশেংবা শিক্ষ্যা নত্তে।

ব্রহ্মচর্য্য নত্তবা লেমহৌরিবা মরি অসিম্নু ঐখোয়না ঙাক্না চংপা তাবনি। ফত্তবা অমদি মন্তাসিগী মরক্তগী অমত্তং ঙাকে খনবদা লেমহৌরিবা মরি অসিম্নু শোয়দনা খরদি চেন্নরকই। ঈশ্বরগী মিংদা, ধর্ম্মগী মিংদা অমসুং চংনবীনি হায়দুনা কাং, য়াওশঙ, খুৎলোয়নচিংবা কুম্মৈ ইরাং তৌবনা ঈশ্বরগী নাক্তা চঙ-শিনবস্নু য়ারোই অমসুং অতাং শেম্বস্নু য়ারোই। রাস, গৌর-লীলা, মণ শেম্বা কংপা অমসুং বামকু, হোলিনচিংবা তৌবা অমসুং লাই হরাওবনা সমাজ শেম্বা য়ারোই, অতাং শেমগংপা য়ারোই। স্কুল, কলেজ অমসুং ওয়াশিংগী দোষমক্তা ওইবা য়ারোই। মসি চুমথোকপা তাবনি। মতাং অসিদনি ঐখোয়না খোঙজিল্লিবা লাইরিক মচাসিগী Importance শীজিল্লিবসি। Education without moral character অসিদি য়াঙনবগী মশক্তি। মতিক চাবা ওঝা অমনা লাইরিক মচা অসি High School গী থাক্তা করিগুম্বা ভন্না তাম্নগদি নৈবাকী অমসুং সমাজগী য়ায়া কায়বা ওইগনি।

পৃথিবীগী শা-লান অমসুং শান্তি কায়বা অয়াম্বসি economical background না অয়াম্বনি। অয়ানবা লম্বী শিজিন্নদুনা পৈশা তানবা, শেঙ্গা-থুমজা হেনগংলকপা, লাইর-ইবাক খুনবা য়ায়া খেন্নরকপসি লৈবাক কায়নবগী মরু ওইবা মরম্নি। মসি খণ্ডবিদুনা যোগী ঋষিশিংনা হেন্না পৈশা তুংশীন্নোইদোবনি (অপরিগ্রহ) হায়বসি তাকপীরম্বনি। মী অমত্তগী চঙদবা য়াত্রক মচাক য়াংলকপদা ইমুংগী অমসুং সমাজগী শান্তি কায়হল্লি। হৌজিকময়ক পৃথিবী অসিদা চানিংঙাই-থক্লিংঙাই য়াংলকপদগী চঙ্গী অমদা শিবিবা অঙাংসি (International expert কী মতমনি) লাখ য়াংখৈবোমনি। অপরিগ্রহ হায়বসিবু থরা নোংখিনা ইল্লবদি হৌজিক্কী পৃথিবীগী economical problem অসি শোয়দনা শায়না solve তৌবা ঙমগনি। মীশিং য়াম্না য়ামত্রিদৈ অমসুং চ ন-থক্লবা অয়াংপা লৈতিংদগী মতমদা কুপপ্রবা লৈবাক্কী economical problem গী মরমদা মরি লৈননা তাকপীরম্নিবা যোগী ঋষিশিংবু ঐখোয়না নোক্লু ভূবা য়াদে।

মথক্কী মরম পুম্নমক অসিদগী পায়া মঙানা শাবা লাইরিক মচাসি ফোঙজবনি অমসুং মসিনা নহারোল অমসুং ছাত্র সমাজদা খবদং কান্নরবদি নোমজমল্ ফংলে লৌজগনি।

লাইরিক অসি ফোঙনবগী অবাবা দায়া পুম্নমক লাইশ্রম নিলচান্দ সিংহনা কন্না নোম্বীবদগী ঙম্বনি। মসিগীদমক জান মান্দিরনা ভদ্রলোক অসিবু তৌবীমল্ খঙবা উচ্ছরি।

সরকারগী education department গীস্থ রূপা ৪০০|— (চ মরি ) grant ফাইনা পীবিরকই। মসিগীস্থ জ্ঞান মন্দিরনা education department দু খাগদ্ধরি অমস্থং মতুংদস্থ অসিগুম্বা মখাদা কাল্লগদি থজবা লাইরিক কম্না কোংগে থজরি। মতম খাংদস্থ education department না শোরদনা মতেং পাংবিগনি হায়না আশা তৌজরি।

শ্রীহাওবম বাক্লনী সিংহ
প্রেসিডেন্ট, জ্ঞান মন্দির,
ইম্ফাল।

---

# খুরমজবা

পরম গুরু শ্রোত্রিয় ব্রহ্মনিষ্ঠ, শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি, বেদান্ত আচার্য্য, শ্রীগুরুদেবগী খোঙ্ খম্বাল অনীবু মতম পূম্বদা কোকৃথক্তা হাপ্চৈ, অহৃগী ভুংদা পরং ব্রহ্ম সচ্চিদানন্দ কৃষ্ণচন্দ্রগী শ্রীমূর্ত্তিবু হন্না হন্না নীংশিংজৈ। ঐহাক শৈরেং-ঙারেংবা মীশক নত্তদে; শৈশকপা অমস্তুং ঙাম্বীবা মীশ্ব নত্তদে। শ্রীমৎস্বামীজীগী মঙীক ময়াইতবু শকচ-শোজনীংহ্নৈ। পঞ্চরত্ন কৌবা লাইরিকসি শ্রীমৎস্বামীজীগী "কর্ম্মগী লম্বী" কৌবা লাইরিকগী ইথোক্তুনা পুথোকচবনি। মসি পুথোক্লবদা হোৎনখিবা থাম্ববু শ্রীমৎস্বামীজীগী খুংইদা য়াওরিবা সংস্কৃত শাস্ত্রগী মন্ত্রশিং, শ্লোকশিং অহৃদং য়াওহন্দনা, মহৃশিংগী অহৎশিংহুদি বরিমত্তা ঙাম্বনা লৌথোকচবনি। মসিগী মরমদি হৌজিক মণিপুরদা সংস্কৃতকী ঙারেং-শৈরেং পাবা ঙমবা, পানীংবা নহা অহল ঈবৈ শৈশিল্লক্তরে। মরম অসিনা অহুঙ্ম্বা সংস্কৃতকী শ্লোকশিং য়াওদনা মীতৈরোনগী ঙাক্তা ওইনা ইরবদি লাইরিকসি মীয়ামনা নৈনবিরকনি, অসিমক্কী থাজবা। পীক্রবা পাঙা মঙাক্তগী ওইবা লাইরিক অসিদা মীওইবা সমাজদা কান্নগদবা অহৃতং শ্রীমৎস্বামীজীনা ইবিরি, থোইদোক্লা অঙাংশিংদা মসিগী মঙালাসে খজিক্তং তাহনবা ঙমগ্রবদি ভুংদা মখোয়দা ঙমখৈ লৈতনা য়াইফবা পীগনি। মরম অসি খল্লকবদগী লাইরিক অসিবু ক্কুলশী পান-নবা লাইরিক অমা

ওইহনবীনবা মবী নৈনবা বিভাগতা হায়কৈ। লাইবক থীথদি—লাইব্রিক অসিদা য়াওরিবা পাডাশিং অসিগুম্বা অতোংশিংদা অহৌ-নবা কেরিক্যুলমদা য়াওদে হায়দুনা লৌবিরক্তে। মরম অসিদগী লাইব্রিক অসি মাঙহন্নীংদবুনা বিভাগ অসিগী লিটিরেসী ডিপার্টমেণ্টতা শেলগী মতেং খরা পীবিনবা থাগৎচৈ। মসিদা পুকচেশ্ল চাউরবা ডিপার্টমেণ্ট অসিনা শেন্‌গং ওইনা লুপা ৪০০, (চামার) পনবিরকপদগী লাইব্রিক অসি পুথোকচৈ। মসিদা ঐনা লাইব্রিক অসিগী সম্পাদক অমা ওইনা ডিপার্টমেণ্ট অসিবু হন্না হন্না থাগৎচৈ। অদুগা জ্ঞান মন্দিরনা লাইব্রিক অসি কোঙদোক্লবা ভার পূম্নমক লৌবিবগীদমকস্তু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজৈ। লাইব্রিক অসিদগী পাবিরিবশিংনা খন্নদং কান্নবা ফংবিরবদি হোৎনজবগী মহৎয় মাল্লে নৌজশনি।

ইম্ফাল,
তা ১/৫/৮৩ ই.
মুদ্রশকৈশ

সম্পাদক
শ্রীলাইশ্রম নীলচান্দ সিংহ
রিটায়ার্ড ডিপুটি পোষ্টমাষ্টার

# হীরম তাকপা


| হীরম | | লামায |
| --- | --- | --- |
| | ঐখোয়গী ৱা | — (i) |
| | খুরমজবা | — (i) |
| ১। | অহিংসা | — ১ |
| ২। | সত্য | — ৫ |
| ৩। | অস্তেয় অমসুং অপরিগ্রহ | — ৯ |
| ৪। | ব্রহ্মচর্য্য | — ১৩ |
| ৫। | চাবা অমসুং তৃষ্ণা | — ৪২ |


---



# পঞ্চরত্ন

## (১) অহিংসা

"কনাগুম্বা থরাযপানবা (জীব) অমত্তবু হাংকন্নু" হাযনা বেদনা জীব হাংপা অসিবু থিংই। মরম অসিনা হিংসা তৌবা অসি পুণ্য-কর্ম্ম নত্তে, পাপ কর্ম্ম-নী। হিংসা তৌবা অসিস্থ **শারীরিক**, **মানসিক** অমস্থুং **বাচিক** খেন্নবদগী অহুম থোকনা খাযরি। হকচাং অসিনা অতোপ্পা হকচাং অমগী মথ্রায হাংপা, অতোপ্পগী হকচাংদা অনাবা পীবা, যৈবা-ফুবনচিংবা অসি **শারীরিক** হিংসা কৌই। পুক্নীংনা অতোপ্পা মীবু হাংকে খনবা, মাঙহন্নবা অমস্থুং রাহন্নবা খনবা অসিনচিংবা অসি **মানসিক** হিংসানি। ফত্তবা, পুক্নীং নুংঙাইহন্দবা অমস্থুং নুংঙাইতবা পোকহনবা রাহয়শিংনা চৈ-থাংহনা অতোপ্পবু অরা-অনা পীরগা নুংঙাইহন্দবা অসি **বাচিক** হিংসানি। বাচিক হিংসাগী মরমদা মহাভারত পুরাণগী মনুংদা অস্থুম্না ইরি—"লৌরুংগী মশক ওইবা চৌন্দগী য়াম্না থৌবা তেনগী মশক ওইবা রা (রাহয়-রাঙাঙ-খোস্তোক) অসি কাপথোকই। মহুনা খাবদগী মীনা অহিং-নুংথিল নাইদনা য়াম্না রানা নুংঙাইতনা লৈ। কাপথোকইবা তেল অহু অতোপ্পগী থম্মোয়দা তাই (পাল্লি)।

মরম অসিনা অক-ফত্ত খঙবা জ্ঞান তাবা মীনা অতোপ্পা মীগী মকমদা তেনগী মশক ওইবা অযাকপা রাহযশিং অ.বু কদোঁইঙেদস্নু থারোইদে বনি।"

মতৌ অমুম্না অহুমশোক্না থায়বিবা হিংসা অসি চমনা (ঈরায-নাযনা) তৌগনু হায়বনি, তৌববদি শোযদনা পাপ ওইগনি। অদুবু করি কবিগুম্বা মফমদদি হিংসা অসি তৌদবা নাদনা থোকই। অসিগুম্বা মফমদদি হিংসা অদুদগী পাপ পোক্কে, পাপকী মহুত্তা পুণ্য পোকই। ডাক্তরশিংনা অনাবা মীবু থাঙ থাহনা অনাবা লোকহল্লগা মথায় কল্লি, মদু পাপনি হাযবা যাদে। মপা মমা ওইবশিংনা মচাশিংবু চৈ-থাংহনা অফবা লম্বীদা পুরক্কবা হোংনৈ, মসিসু পাপনি (হিংসানি) হাযবা যাদে। যেক্কবা মীনা নত্রগা শা-ডানা নঙবু হাংকে লাল্লবদি মহুদা তুমিন্না নৈথোকপা যাদে। থঙায কন্নবগীদমক মখোযবু শোযদনা হাংকদবনি নত্রগা যৈ-চৈহনা নাম্থোক্লবা হোৎনগদবনি। মরম অসিদগী শাস্ত্রনস্নু অসিগুম্বা আততায়ীশিংবু হাংলু, মখোযবু হাংপদা দোষ (পাপ) নৈতে হাযবসি ঙাকনি। আততাযীশিং অদুদি—যুম মৈ থাবা মী, হু পীজবা মী, খুংলাই পায়হনা হাংকে লাকপা মী, শেন-থুম হুরানগে লাকপা মী, নৌ-ইংখোল নমহনা নৌগে হোংনবা মী লুহোংহনা নোবা নুপা মুনগে হোংনবা মী অসিগুম্বা মীশক তরুক অসি আততাযীনি। হাযবিবা আততাযী অসি হাযত্রিবা থবকশিংসি তৌগে হাযনা লাক্লবদি বিচার ঈতৌ তৌদনা মহাকপু হাংকদবনি। আততায়ী হাংপদা হাংলিবা মী অদুগী দোষ অমত্ত

নৈতে হায়বদি হিংসাগী মনুং চন্দে। মনু স্মৃতিদদি অসি য়েৌনা হায়রি,—মহৃদি "গুরুস্থ ওইসনু অভাং-অহনস্থ ওইসনু শাস্ত্র খঙবা লাইরিব-লাইগু য়াম্না হৈবা ব্রাহ্মণস্থ ওইসনু, আততায়ী ওইহুনা লাক্লিবা মখোযবু রাখন বিচার অমত্ত তেদনা হাংকদবনি।"

নৈবাক ঙাক্লিবা লাম্মীনা য়েক্লবশিংবু লান্দা হাংলি, অহুগা মখোয় মশামবস্থ লান তৌনা তৌনা শিখিবস্থ য়াওই। মতৌ, অস্থুম্না য়েক্লবশিংবু হাংনগা মশাস্থ লান্দগী চেন্দনা শিখিব, লান্মাশিংগী মরমদা পরাশর সংহিতাদা অস্থুম্না ইরি—"সংসার অসিদা সূর্যমণ্ডলবু (সৌরজগৎপু) লাম্থোক্লুনা চৎপা ঙম্বা অসি মীশক অনাখক্তনি, অনী অহৃদি অমনা আত্মযোগ (জ্ঞান যোগ) অভ্যাস তৌদুনা নৈবা সংন্যাসী অহগা অতোপ্পা অমহুনা লান্দগী মাং ওন্দনা লান শোক্ল শোক্লনা শিখিবা মী অহুনি।"

মবম অসিদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাদা অর্জুনগী মমদা আততায়ী ওইহুনা লাকনিবা শাগৈ-না তগী মী, অহল লমন গুরু-চিংবা পুরুমকপু হাংলু মখোযবু হাংপদা দোষ মচেং অমত্তং যাদবো নৈতে হায়না তাকশিবনি। মরম অসিনা বেদনা জীবশিংবু হাংকলু হায়রিবা অসিগী মরমদি ঐখোয়গী ঈশমদা করিগুম্বা অরানবা অমত্ত তৌবক্তবা, মখোযদগী ঐখোয়গী কবি অমত্ত অমাঙ-অতা নৈতবা, মীদগী হৌদুনা শা-ঙা, উচেকুনচিংব, থরাংপানবা জীব পূম্নমক্কী মথক্তা হায়খ্রিবা হিংসা অহুমসি তৌগনু হায়বনি। মসি তৌরবদি পাপ শোয়দনা ওইগনি। ঐখোয়না শিনাংদবগুম্না অমস্থং অরাবা যংনীংদবগুম্না সেংদনি-পাল্লিবা

জীব পুন্নমক অসিস্থ শিনীংদে অমস্থং অরাবা ফংনীংদে। মরম অসিনা ঈশাগী মতৌগুম্না জীব পুন্নমকপুস্থ য়েংউ হায়বসি মহা-ভারতকী অনুশাসন পর্ব্বদা ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরগী মফমদা অস্থুম্না তাকলি—"জীব পুন্নমক্তা অভয়দক্ষিণা ( কিহন্দবা দান ) পীবা, পূকচেল চাউবা অমস্থং জ্ঞান তাবা মী অম্না সংসার অসিদা জীব পুন্নমকী থরায় পী হাযবা অসিদা করিস্থ চিংনযম লৈতে। মীনা মশাগী থৱাংববু য়াম্না পাম্মুবগুম্না থরায়পানবা পুন্নমকস্থ মশা মশাগী মথ্যায়বু য়াম্না পাম্মুরিবনি। মরম অসিদগী লৌশিং শিংবা অমস্থং মশাগী ওইজবা পাম্বা মীশিংনা জীব পুন্নমকপু মশাগা চপ মান্নৈ হায়না খনগদবনি।"

"সংসার অসিদা মথ্যায়দগী হেন্না নুংশিথোইবা করিগুম্বা পোৎ অমত্ত লৈতে। মরম অসিনা মীনা মশাদা থৌজাল ফংনীংবগুম অতোপ্পগী মফমদস্থ থৌজাল তৌগদবনি।"

"অহিংসা অসি অথোইবা ধর্ম্মনি হায়বদি ধর্ম্ম তৌনবা অথোইবা উপায়-পান্থেনি, অহিংসা অথোইবা তপনি, অহিংসা অথোইবা সত্যনি; মরমদি মসিদগী থম্মোয়দা ধর্ম্ম নীংথিনা চগুলকই।"

অহিংসা তৌবগী মহয়বুস্থ অস্মুম্না তাকলি— "জীবশিংদা মশাগা মান্নবা খন্দুনা দণ্ড পীবা ( অৱাবা পীবা ) থাদোক্লবা অমস্থং অশাউবা লৈত্রবা মী অম্দি শিরবা মতুংদা য়াম্না নুংঙাইবা ফংই।"

যোগদর্শন কৌবা শাস্ত্রদদি অসি য়ৌনা হায়রি—'অহিংসাবু নীংথিনা ঙাক্লবদি মী অদুগী মনাক্তা জীব পুন্নমক্তা মথোয়গী য়েক্লবন্থ থাদোকই।"

# (২) সাদা

সত্যগী অর্থ য়াম্না য়াম্নই, মফম অসিদদি অর্থশিং অমগী মনুংদা সত্যগী অর্থ অশেংবা অমম্তুং অচুম্ব রা ডাঙবনি। যোগদর্শনগী ভাষ্যকার বেদব্যাসজীনা অস্মু হায়—"পুক্লীং শেংনা অচুম্ব রা হায়বসি (ডাঙবসি) সত্যনি।" উবা খঙবা অমম্তুং তাবা হৌরমনচিংবা পোৎ পুম্নমকপু মতমক ওইনা পুক্লীং শেংনা হায়গদবনি। পুক্লীংদা অমা থম্লগা চীন্দ অতোপ্প অমা হায়রবদি মতু সত্য কৌবা যাদে; মতুদি নমথাক তৌবা হায়বতনি। মবমদি রা হায়বসি মানা খঙবা তাবত্থ অতোপ্প মীবুস্ত খঙহন-তাহন্নবগীদমক্তি। মতুদা খঙখি-তাখিবা অতু শেংনা হায়রবদি নমথাক তৌবনি, তা-রিবা মীবু অমম্দা থম্বনি। ভীমনা লান্দ অশ্বত্থামা কৌবা শামু হাৎলবগী তুংদা দ্রোণাচার্য্যনা সুপ্না অশ্বত্থামা হাৎখ্রে হায়বসি তায়। মতুদা মাগী মচা অশ্বত্থামাবু হাৎখ্রবরা হায়বসি চিংনরতুনা যুধিষ্ঠিরগী মফমদা হংই। যুধিষ্ঠিরনা পাউখুম পীবা মতমদা পুক্লীংদদি অশ্বত্থামা কৌবা শামু হাংখিবনি হায়বসি থম্লগা মতু তশেংনা তাক্তনা মপান্থোংদা "অশ্বত্থামা হাৎখ্রে" হায়বা পাউখুম অসি নমথাক তৌবনি। নমথাক ওইবা রা (পাউখুম) অতুনা দ্রোণাচার্য্যগী শি-নবগী মরম ওইখি। যুধিষ্ঠিরস্তু নমথাক ওইবা রা হায়বগী মহয় ওইনা তুংদা নরক য়েংখি (নরক ভাখি)। মসিদা নঙনা অরানবা রাবু অশেংবা রা ওইনা মীবু থাজহনবগীদমক অরানববু অশেংবা অচুম্ব রা ওইহন্নবা অরানবা ওইদবা রা কয়ামুকপুস্তু হায়বা তাই। মতৌ অস্মু

অরানবগী মথক্ত অরানবা রা হায়দুনা লৈরবদি মী অদু কদৌঙৈদস্মু পুণ্য ফংবা ঙম্মোই, মহাক পাপমক্ত ফংহনা লৈগনি, মরম অসিনা নমথাক তৌহনা ঙাঙবা অমস্মুং চুমদবা রাবু অচুম্ব শাহনা হায়বা (ঙাঙবা) রাঙাঙ মতম পুম্নমক্ত থাদোক্কদবনি।

করি করিগুম্ব মতমদা অচুম্ব রা অসিস্মু অতোপ্পগী মফমদা নুংঙাইহনবা পোকহনবস্মু যাওই। মীৎতাঙবা মীদা "মীৎতাঙবা, মীৎতাঙবা" হায়না কৌরবদি মীৎতাঙবা মীহুগী মপূক্নীং নুংঙাইতে। অসিগুম্ব মফমদা রা অহু অচুম্ব ওইরবস্মু পাপ ওইবা রা-নী। মরম অসিনা অচুম্বা রা ওইরবস্মু তাবদা নুংঙাইরোইদবা রাবুদি হায়রোইদবনি। মসিদগী কবম্বা অচুম্ব রা ঙাঙগদগে হায়বা অসি মনুনা অস্মুম্ন তাকশি—"অচুম্ব রা হাযযু, অথুম্ব, নুংশিবা রা ঙাঙউ, চুম্নবস্মু নুংশিদবা রা হায়গনু, অদুগা নুংশিরবস্মু অরানবা, চুমদবা রা হায়গনু। মসি সনাতন্ ওইবা ( লেঙদবা ) ধর্ম্মনি"

মসিদা নত্তনা করি করিগুম্ব মফমদদি অচুম্ব রাস্মু অরানবগুম ওইহনা পাপ ওই। অরানবা রাস্মু অচুম্বগুম ওইহনা পুণ্য ওই। মরাল লৈতে খঙবা মীবু ঙাক্লনবগীদমক অমস্মু মথায় কম্নবগীদমক অরানবা রা হায়বদা দোষ লৈতে মহুদগী পুণ্য ওই; অদুগা মীগী মপোৎ হুন্নানগে লাকপা মীবু অতোপ্প মীগী পোৎ কদায়দা লৈবগে হায়বসি চুম্না তাক্লবদি মহু অচুম্বা ওইরবস্মু পাপকী মশকনি। মরম অসিনা অসিগুম্ব মফমদদি নীংথিনা বিচার তৌরগা রা ঙাঙগদবনি। মসিগী মরমদা মহাভারত্ত ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরগী মফমদা অস্মুম্ন তাকলি—

"করি করিগুম্ব মফমদা অরানবস্মু অচুম্ব ওইরবা অতুগা অচুম্বস্মু অরানবা ওইরবদি অচুম্ব রাতু হায়রোইদবনি. মতুগী মহুত্ত অরানবা রা হায়গদবনি। অতোপ্পগী লন-থুম পামদূনা নত্তবা তৌরগা হূরানবা পাম্বা মীবু কদোইঙেদস্মু মতু তাক্রোইদবনি। তাক্কবত্থু ধর্ম্মনি হায়বা অসি অরেপ্পনি। তুমিন্না লৈবদগী মখোয়দগী নাম্তোকপা ঙম্নবদি তূমিন্নদা লৈগদবনি। অতুগা শোয়দনা মখোয়দা তাক্কদবা লৈরবদি নত্রগা তাক্কবদা মখোয়গী মপূক্কীংদা চিংনরবদি অচুম্ব তাকপগী মহূত্ত চুমদবা অরানবা রা রাশক্কনা হায়বগা, পাপী ওইবা মখোয়গা শমুবদগী নাম্তোকপা ঙমগদবা লৈববদি চুমদবা অবানবা রাতু অচুম্ব রাদগী হেন্ন ফ হায়বা অসি ঋষিশিংনা বিচার তৌতুনা লেপ্পী। অতুগা অতোপ্পগী নত্রগা মশাগী মথায় অরেম্বদা মাঙগদবা লৈরবদি মতুদস্মু অরানবা রা হায়গদবনি। লুহোংবগী মতমদস্মু চুমদবা রা হায়বদা দোষ লৈতে। মরমদি লুহোংবা মতমদা নুপী-নহাশিংগা শোয়ননা ফাগী জুগায় য়াম্না তৌনৈ মতুদা অচুম্ব রা হায়বা য়াদে।

অসিগুম্ব মফম নত্তবা অতোপ্প মফমশিংদদি মতম পূম্নমক্ক অচুম্বদা ভাঙগদবনি, নত্রবদি মতুদগী পাপ য়াম্ন ওই। অচুম্বা রা ভাঙবা অসি কয়ামুক মতীক চাউবগে হায়বা অসি বাল্মীকি রামায়ণদা শ্রীরামনা অস্নুম্ন তাকলি—"ঋষিশিং অমস্তুং লাইশিংনা সত্যদবু (অচুম্ব রা ভাঙবতবু) খ্বাইদগী অথোইবনি হায়না লৌই। সংসার অসিদা অচুম্ব রা ভাঙবা মী অমাঙ-অতা লৈতবা অথোইবা খুবমবু ফংবা ঙম্মি। মী পূম্নমক লিন্দগী অকিবা পোকপগুম্ন

অরানবা ওইদবা ভাঙবা মাদগী য়াম্না কিন্থনা ওল্লাড-ওনশাউনা লৈ। ধর্ম্মসি সত্যগী মতুং ইন্না চৎলিবনি অমস্তুং তাইবংপানবা অসিদা পূম্নমক্কী মরূ সত্যনি হায়। সতামক ঈশ্বরনি, সংসার অসিদা ধর্ম্মস্ত সত্যদা মতম পূম্নমক্ক চঙজদুনা লৈ, অতুগা পুম্নমক অসিস্তু সত্যনা মরূ ওইদুনা লৈরিবনি, সত্যদগী হেন্দোকপা অথোইবা খুবম লৈতে।”

আত্মাগী অশেংবা মশক খঙনবগী উপায়স্তু সত্যনি হায়বা অসি শ্রুতিনা অস্তুম্ন তাকলি—“সত্য অমস্তুং তপ-না মরম ওইদুনা আত্মাসি খঙবা ঙম্মি।”

মরৈই অনী লোঙবা লিনগুম্ন মরৈই অনী পান্দুনা চুমদবা (ওইদবা) ৱা ঙাঙবা মীশিংগী লম্বীস্তু মহাভারত্ত অস্তুম্ন হায়রি—

“চুমদবা (অরানবা-মীনম্ব) ৱা ঙাঙবা মীশিংনা শোয়দনা নরক তাই।”

শেল-থুম শীজিন্নবগী ব্যবহারগী মরমদা ভাকপা মতমদা চাণক্যনস্তু মাগী অর্থশাস্ত্র কৌবা লাইরিক্ত অস্তুম্ন হায়রি— “অয়াকপা ৱা অসি মৈনা চাকপদগী হেন্না শাই।” “চুমদবা অরানবা ৱাদগী হেনবা পাপ লৈতে।” “সত্য, অথুম্ব, অচুম্ব ৱা ঙাঙবা অসি স্বর্গদা পুক্কনা চৎলী। “সত্যদগী হেনবা তপ লৈতে, সত্য স্বর্গগী সাধননি।” অথুম্ব (নুংশিবা) ৱা ঙাঙবা মীগী য়েক্কুবা লৈতে।”

“অথীবা (নুংশিদবা) ৱা ঙাঙবা অসিনা শাগৈবু হাৎলী (শাগৈ কায়নহল্লী)।” যোগদর্শন্দদি সত্য ওইবা ৱাদা ঙাঙবা

মীগী মরমদা অস্মুম্ন ইরি—"সত্য ভাষণ (অচুম্ব ডাওবা) সিদ্ধ ওইরবদি হায়বা (ডাওবা) পুম্নমকী ফল (মহয়) শোয়দনা ওই হায়বদি বর পীবা, শাপ তৌবগী মহয় শোয়দনা থুংই।" হৌজিকী মতমদদি বাক্সিদ্ধি ওইহুনা লৈবা যোগী য়াম্ন তাঙই, লৈতে হায়বা ফাওবা য়ারে। মসিদা নত্তনা হৌজিকী মতমদা বর অমস্মুং শাপ থুংদবা অসিগী মরমদা কপিলস্মৃতিদা অস্মুম্ন তাক্লি—

"অতোপ্পগী চেঙ চাবদগী চীগ্বাল অসি চাকপ্রে, থুং অনী অসিস্মু দান তৌবগী মহূত্ত দান লৌবদগী চাকপ্রে, অদুগা অতোপ্পগী মুপীশিংবু খন্দূনা লৈবা মরমদগী মন (পূক্লীং) অসিস্মু চাকথোকপ্রে। মরম অসিদগী কলি যুগ অসিদা বর-শাপকী মহয় করম্ন ওইবা য়াগনি (করম্ন থুংগনি)?"

অদুমক ওইহুনস্মু অচুম-চুমদা ডাওবদগী করি কান্নবগে অমস্মুং করি মাঙবগে হায়বা অসি নীংথিনা বিচার তৌরগা মতম পুম্নমক্ত সত্য ওইবা রাদা ডাওনবা হোংনগদবনি। বেদনস্মু অস্মুম্ন তাকলি—"সত্যগী লম্বীদা চংলু"। "ফত্তবা থবক তৌবা মীশিংদি সত্যগী লম্বীদা চংপা ঙমদে।" "সত্যগী হিনা ধর্ম্মাত্মা পুণ্য তৌবা মীবু সংসারদগী লাম্থোক্কুনা পুই।"

## (৩) অস্তেয় অমসুং অপরিগ্রহ

### (i) অস্তেয়

হুরান্দবু অস্তেয় কৌই। মসিগী মরমদা যোগ ভাষ্যকারনা অস্মুম্ন হায়—"শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্কবা অতোপ্প মীগী পোৎ

লোম্ন লৌবসি হুরানবনি। হুরানবা অসিবু পূক্নীংনা ফাওবা থাদোকপবু হুরান্দবা কৌই।"

মীগী মপোৎ পৌবা অসি মথল কয়াম্নুক থোকনা থাম্নবা য়াই। করিগুম্ব উপায় অমা তৌরগা মপু খঙহন্দনা অতোপ্পগী পোৎ পৌবা অসি হুরানবনি। অহৗগা মপু খঙনা খঙনা, মপুদুনা পীনীংদ্রবস্ম নম-হাদুনা, কিহন্দুনা অতোপ্পগী পোৎ লৌরবু মুন্দুনা লৌবা কৌই। মপুনা পীনীংদ্রবস্মু করিগুম্ব উপায অমনা মপু মশামক্তগী পোৎ লৌববু নমথাক তৌদুনা লৌবা কৌই। মসিদস্মু নত্তনা রায়দুনা অমস্মুং পূদুনস্মু অতোপ্পগী পোৎ লৌই। মপুদগী পোৎ লৌদুনা শীজিন্নরগা পোৎ অহুমক তেক্ত-কায়দনা মপুদা অমুক হন্না পীরবদি মচু রা মুনা লৌবা কৌই। অদুগা মপুদগী পোৎ লৌরগা মচু শীজিন্নথোকখিদুনা লৈতবা মরমদগী মতুংদা মদুগা চপ মান্নবা পোৎ মপুদা অমুক হন্না পীববু পূদুনা লৌবা ( পুরুবা ) কৌই। মপুনা মনীং তম্ন পীবা অমস্মুং মপুদা অমুক হন্ন পীরম্নোইদবা পোৎ লৌববু দান লৌবা কৌই। মসি পুম্নমক অসিগী মনুংদা রায়দুনা লৌবা, পূদুনা লৌবা অমস্মুং দান লৌবা অহুম অসি হুরানবগী মনুং চন্দে। মুন্দুনা লৌবা অমস্মুং নমথাক তৌদুনা লৌবা অসিদি হুরানবগী মনুং চল্লী। মহুদগী পাপ ওই, মরম অসিনা অনী অসি হুরানবগী মনুং চল্লিবনি। মসিবু নারদস্মৃতিদা অস্মুম্ন হায়রি—

"মখল মথা অয়াম্ব উপায়শিং তৌদুনা মপুশিংবু নমথাক তৌরগা তুমদুনা লৈরিবা, ঙাওদুনা কিদুনা লৈরিবা অমস্মুং খঙহন্দনা

লৈরিবা মপুশিংদগী চিংথোক্লুনা পোং লৌবদু রাখল লৈবা মীশিংনা হুরানবনি হায়।"

হায়রিবা হুরানবা অসিবু পুক্লীংনা যাওবা তৌত্রবদি, মহৃ সনাতন ধর্ম্মনি হায়বসি মহাভারত কৌবা পুরাণদদি য়াম্ন শেংনা তাকলি। বেদনদি "মীগী মরল-মথুমদা মিহৌগন্নু" হায়বসি মীওইবগী য়াইফনবগীদমক তাকপিরি।

পুক্লীংনা ফাওবা হুরান্দবা মী-শিং য়াম্ন লায়না স্বর্গ থংই হায়বা অসি মহাভারতকী মনুংদা মহাদেবনা পার্ব্বতীগী মফমদা অস্নুম্ন তাকনি—

"অতোপ্পগী মরল-মথুমদা ঐগী ওইসন্নু হায়না মীহৌদবা, মতম পূম্নমক্ত অতোপ্পগী লুপী থাদোকপা (য়েংদবা) অমসুং ধর্ম্ম তৌগনা শেংনা তান্বা চাক-ঈশিংদা চানুনা থক্লুনা লৈবা মী-শিং স্বর্গদা চংকদোবা (কাগদবা) মী-শিংনি। হুরানবা থাদোক্লগা মশাগী লৈজবা মরল-মথুমদগী মতম পুম্নমক্ত পেন্দ্রনা লৈবা অমসুং মশাগী ভাগ্যদগী (মরায়বক্তগী) ফংবা চারগা লৈবা মী-শিং স্বর্গ কাগদবা মীনি। উমংদা নত্রগা অহাঙবা মফমদা থম্ব অমসুং তাহ্নুনা লৈবা অতোপ্পগী শেল-থুম উবা মতমদা পুক্লীংদগী ফাওবা মহ লৌনবা হোংনদবা মী-শিং অহুদি স্বর্গ শোয়দনা ফংগনি।"

অহুগা যোগদর্শনদদি অস্নুম্ন তাকলি— "হুরান্দবা অসি হকচাং অমসুং পুক্লীংনা মপুং ফানা তৌহুনা মহুগী সিদ্ধি ওইরবদি

মায়কৈ পুন্নমক্তগী মমল্ নাইদ্রবা হীরা মণি মুক্তানচিংবা রত্ন পুন্নমক শোয়দনা মাগী মনাক্ত লাকই।"

অদুগা অর্থশাস্ত্রগী মীৎয়েংদসু হূরানবা ফত্তে হায়না কৌটিল্য অর্থশাস্ত্রদা অস্মুম তাকলি—

"অতোপ্পগী পোং হূরানবা অসি মশাগী পোং মাঙনবা ওই। হূরানবদগী হেনবা মৃত্যু পাশ ( শি-নবা থৌরি মপুন ) লৈতে।"

মরম অসিনা কর্ম্মগী অফবা লম্বীদা চংনীংবা মীনা হূরানগে হায়না পুক্নীংদা ফাওবা নীংলোইদবনি।

## (ii) অপরিগ্রহ

মিহৌদুনা অমম্মুং নত্ত-নত্তবা থবক তৌদুনা ঙস্ব-মখৈ লল-থুম অমম্মুং পোৎ-চৈ খোমজিন্দুনা কদৌঙৈদসু থমদববু **অপরিগ্রহ** কৌই। অফবা লম্বী চত্তুনা অমম্মুং অফবা থবক তৌদুনা ঈমুং মনুংগী অহল-লম্মন, ঈচা-ঈশুবু নীংথিনা য়োকনবা অমম্মুং চাও-খৎনবা অদুগা দান, পুণ্যনচিংবা তৌনবা শেল তান্বা, পোৎ-চৈনচিংবা লৌশিনবা অসি অপরিগ্রহ নত্তে। মসিদি গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মী পুন্নমকনা শোয়দনা তৌগদবনি, নত্রবদি গৃহস্থাশ্রমদা নীংথিনা লৈবা ঙম্মোই। পুক্নীং শেংনা তান্শিন্বা লল-থুমদগী পাপ ওইদে, পাপ ওইবদি নত্তবা উপায় তৌদুনা শেল-থুম তানশিনবনি। মহুদগী মী অদুগী পুক্নীং মকা লামদ্রবদি তৌগদবা থবক পুন্নমকসু নীংথিনা তৌবা য়াদে। মরম অসিনা পুক্নীং মকা লামমোইদবা নত্তবা থবক থাদোকলগা অফব থবক তৌদুনা

শেল-থুম তানশিনবা অমসুং পোৎ-চৈ লৌশিনবা অসি গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মীশিংগী অপরিগ্রহনি। য়ুম-কৈ থাদোক্লুনা মহুগী মরমদা করিসু খন্দনা যোগাভ্যাসনচিংবা ভৌনীংবা মী-শিংগীদমক্তি অপরিগ্রহ করিনো হায়বসি যোগভাষ্যকার ব্যাসদেবনা অস্মুমনা হায়রি—

"শেল-থুম পোৎচৈ তান্শিনবদা, ঙাকৃপদা, মাঙবদা অহুগা শম-নবদা ওইগদবা দোষশিংবু অমসুং মহুদগী অতোপ্পগী পুক্নীংদা অরা-অনা পোকপা অসিনচিংবা দোষশিংবু যেংলগা পোৎ-চৈ, শেল-থুম লৌদবা অপরিগ্রহনি।"

মফম অসিদা ভাষ্যকারনা হায়রিবা অপরিগ্রহ অসিদি য়ুম পান্দুনা লৈবা মী-শিংগীদি ওইথোক্তবনি। মরম অসিনা চুমদবা থবক তৌদনা অফবা থবক তৌরগা শেল-থুম তানদুনা লৈবা অসি য়ুমপানবশিংগী অপরিগ্রহনি।

## (৪) ব্রহ্মচর্য্য

ব্রহ্মচর্য্যগী অশেংবা অর্থ করিনো হায়বসি অহানবদা খঙসি। য়াম্না চাউবা পোৎপু ব্রহ্ম কৌই। শব্দকোষকী মতুং ইন্না ব্রহ্মগী অর্থ—"জ্ঞান পূয়মক থন্দুনা লৈবা মরমদগী য়াম্না চাউবা বেদ, তত্ত্ব (চৈতন্যগী মশক ওইবা অমসুং মফম পূয়মক শীন্ন-থুংনা লৈবা পরমাত্মা পরব্রহ্ম) অমসুং তপ (মহয় য়াম্না চাউবা পুণ্যকর্ম্ম) অহুম অসিনি, অহুগা চর্যগী অর্থ আচরণ তৌবনি (লমচৎ চৎপনি)।" অর্থ অসিগী মতুং ইন্না বেদ তত্ব, পরমাত্মা পরব্রহ্মবু

কংননবা অমস্থং অচৌবা পুগা ওইবা থবকশিংবু তৌনবা লমচৎ চৎপসি ব্রহ্মচর্য্যনি, অহুগা লমচৎ অহু চৎলিবা মীবু ব্রহ্মচারী হায়না কৌই। অহুম অসিবু নীংথিনা তৌননবগীদমক মমাঙঙৈদা সনাতন ধর্ম্মগী মতুং ইন্না ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম, গৃহস্থ আশ্রম, বানপ্রস্থ আশ্রম অমস্থং সন্ন্যাস আশ্রম হায়না, আশ্রম মরি থায়দোকলম্মি। মহুদা চঙজদুনা নৈরগা আচরণ তৌননবা মফম অহুবু আশ্রম হায়না কৌই। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা নৈরগা বেদনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রগী লাইরিক পুম্নমকপু তমগদবনি। হৌজিক্কী মতম অসিদদি মসি চংনদ্রে। বেদ কৌবা লাইরিক কদায়নো হায়বসি ফাওবা মী অয়াম্বনা খঙনদ্রে। মতমগী মতুং ইন্না অতোপ-অতোপ্পা লাইরিক-লাইশু তমনদ্রে অহুমক ওইহুনস্থ অতোপ্পা লাইরিক-লাইশু তম্ব অসিস্থ ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা নৈরগা তমগদবনি ; নত্রবদি কনাস্থ নীংথিনা লাইরিক-লাইশু তম্ব ঙম্মোই। মফম পুম্নমক ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম ওইবা য়াই। য়ুমস্থ ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম ওইবা য়াই। স্পনা লাইরিক-লাইশু তম্ব মতমদা তৌগদবা (চৎকদবা) আচরণ (লমচৎ) অহু নীংথিনা ঙাক্লবদি নৈরিবা মফম পুম্নমক অহু ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমনি। হায়রিবা ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম অসিদা চহী ২৪/২৫ শুবা ফাওবা নৈহুনা নীংথিনা লাইরিক লাইশু তম্নগা মতীক চানা অহল-লমন, লাই-গুরুশিংবু য়োক-থাক্লবা অমস্থং ঙাক-শেন্নবা শেল তানবা ঙম্নবা মতমদা গৃহস্থ আশ্রমদা চঙগদবনি। মসিগী মরমদা মনুস্মৃতিদা মনুনা অস্নুম্না হায়রি—

"পুনসীবু শরুক মরি থোক্লা থায়রগা (পুনসী অসি চমনা চহী ১০০ নি হায়না য়ানৈ) অহানবা শরুক চহী ২৫ ফাওবা

লাইরিক-লাইশু তমহনা লৈরগা পুনসীগী অনীশুবা শরুক হায়বদি চহী ২৬ তগী ৫০/৫৫ শুবা ফাওবা, নুপী খিরগা য়ুম পান্দুনা ( গৃহস্থ আশ্রমদা ) লৈগদবনি।”

গৃহস্থ আশ্রম অসিদা লৈবা মতমদা য়ায়া খাওদুনা কন্না লোমদুনা অমস্থং হোংনদুনা শুমজবা মখৈ অচৌ-অপীক নাইদনা পুণ্যগী থবক পুন্নমক তৌহনা লৈগদবনি। মহৃগীদমক বেদগী কর্ম্মকাণ্ডনি। মহৃগী মতুংদা বান প্রস্থ আশ্রমদা চহী ৭৫শুবা ফাওবা নুপা-নুপী অনীমক তিন্নহনা (লোযনহনা) অচীকপা অশেংবা মফমদা লৈরগা লাই নীংবনচিংবা অফবা থবক তৌহনা লৈগদবনি। মহৃগীদমক বেদগী উপাসনা কাণ্ডনি। মহৃগী মতুংদা হিংহনা লৈরবদি নুপী-নহা থাদোক্তুনা পরমাত্মা পর-ব্রহ্মগী চিন্তন্ (রাখল) তৌহনা মাবু ফংননবগীদমক সন্ন্যাস আশ্রমদা চঙগদবনি। মসিগীদমক বেদগী জ্ঞানকাণ্ডনি। মতৌ অসুম্ন বেদগী মনুংদা কর্ম্মকাণ্ড, উপাসনা-কাণ্ড অমস্থং জ্ঞানকাণ্ড হায়না শরুক অহুমথোক্না খায়রি। বানপ্রস্থ অমস্থং সন্ন্যাস আশ্রমগী মরমদস্থ মনুস্মৃতিদা অসুম্ন হায়রি—

“অচীকপা অশেংবা মফমদা পুনসীগী অহুমশুবা শরুক লেল্লগা মরিশুবা শরুক্তা নুপী-নহা পুন্নমক থাদোক্তুনা সন্ন্যাস লৌগদবনি। লাইরিক লাইশু নীংথিনা তমলগা ধর্ম্ম কায়দনা মচা মশু পোক্রবা মতুংদা শুস মখৈ লাই নীংব-নচিংবা তৌহনা মোক্ষ ফংননবা পুক্নীং থিংজিনগদবনি।”

মখুনা হায়রিবা নিয়ম অসি মী পুন্নমকী ওইনা চম্ন হায়বনি। শোয়দনা মতৌ অসুম্ন মী পুন্নমক্ন চত্তবা য়া.দ হায়বা নত্তে।

কনাগুম্বনা পাম্লবদি পুনসী চুপ্প ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈবস্মু য়াই। অসিগুম্ব মীবু নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী কৌই। সন্ন্যাস লৌনীংলবস্মু করিগুম্বা আশ্রম অমদগী লৌবা য়াই। শ্রুতিনস্মু মসিগী মরমদা অস্মুম্ন তাকলি—"ব্রহ্মচর্য্য লোইরবা মতুংদা গৃহস্থ ওইগদবনি, মতুংদা বানপ্রস্থ ওইগদবনি; বানপ্রস্থ ওইরবা মতুংদা সন্ন্যাস লৌগদবনি। নত্রগা ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী সন্ন্যাস লৌবা য়াই; গৃহস্থ আশ্রম নত্রগা বানপ্রস্থ আশ্রমদগীস্মু সন্ন্যাস লৌবা য়াই। করিগুম্বা মতমদস্মু পূক্নীংদা ৺াঙ্গশেংনা য়াম্ন বৈরাগ্য ওইবা মুমিৎ অদুমক্তদা সন্ন্যাস লৌবা য়াই।"

মমুনা হায়রিবা বা অসিদস্মু অহল ওইরবা মতমতদা লাই নীংবনচিংবা তৌ অমস্মুং মোক্ষ ফংবা পামউ হায়বা নত্তে। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী হৌদুনা পরমাত্মাবু ফংবা অসি লক্ষ্য (অথোইবা মথৌ) ওইনা থমগদবনি, মতুগীদমক মতম অদুদগী হৌদুনা হোৎনগদবনি নত্রবদি গৃহস্থ আশ্রমদা পুণ্যকর্ম্ম তৌ হায়না তাকপা অরেম্বদা তাগনি। লাইরিক-লাইশু তম্ব মতমদা বিঃ, এঃ, এম এঃবু লক্ষ্য তৌদুনা থম্নগা ক্লাস নাইনা মথং মথং চৎথৎপগুম্ন মফম অসিদস্মু পরমাত্মা ফংববু লক্ষ্য থম্নগা ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী হৌদুনা মথং মথং চৎথৎকদবনি। মদুতদা পুনসী অসি মহয় য়ানবা ওমগদবনি।

হৌজিক ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী হৌদুনা সন্ন্যাস আশ্রম ফাওবদা তৌগদবা আচরণ (চৎকদবা লমচৎ-শাজৎ) অদু করিনো হায়বা অসিগী মরমদা বিচার তৌসি। মী পুম্নমক্ত খঙনরি, মদুদি মুপী

নহা-নচিংবগী মফমদা পূক্লীং য়াম্ন থিংজিন্দুনা লৈবা, মখোয়বু মতম পুম্নমক্ক থনবা, মখোয়গী মরমদা ব্বারী-ব্বাতায় শান-খোংনহনা লৈবা, মখোয়গা লোয়ননা তিন্নহনা লৈবা অমস্মুং মখোয়গা লোয়-ননা তিন্ন-নবগীদমক উপায় তৌবা (থিবা) অসিনচিংবা পুম্নমক অসিনা মী অহুবু অতোপ্প অথবা থবক অমত্ত তৌহনবা ঙমদে। মহুদগী মী অদু নত্ত-নত্তবা থবক তৌশিল্লক্কুনা মাগী তৌগদবা পূম্নমক থাদোকই, অহিং-মুংথিল নাইদনা মাগী মুংশিবগী ব্বা-শিং অদুতা থন্দুনা লৈ। মসিনা মরম ওইদুনা মহাক মশাগী পুনসী অদু পাপ ওইবা থবক তৌদুনা অরেম্বদা তাহল্লী, চাওখংনবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে, অদুগা মাগী পুনসী অদুস্মু য়াম্না তোল্লী, শিরবা মতুংদস্মু তৌখিবা পাপ কর্ম্মগী মতুং ইন্ন থত্তবা মপোক ফংই। মতৌ অস্মুম্ন হিংদুনা লৈবিগে মতমদস্মু অমস্মুং শিরবা মতুংদস্মু য়াম্ন লৈখা তাই। মরম অসিনা নুপা-নুপী অনিমক্ক জননেন্দ্রিয় (নুপা-নুপীগী অথুপ্প মফমশিং) লাক-শিন্দুনা থম্নবগী মশক ওইবা লমচৎ অসি শোয়দনা চৎকদবনি। লমচৎ অসী নীংথিনা চৎলবত্তদা মী অদু মানা তৌনীংবা অথবা থবক পূম্নমক ফজনা তৌবা ঙমগনি। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈদুনা লাইরিক-লাইশু তম্ব মতমদদি নুপীনা যামত্রবদা চহী ২০ শুবা ফাওবা নুপানা চহী ২৫ শুবা ফাওবসি শোয়দনা অমস্মুং লেত্তদনা জননেন্দ্রিয়বু লাকশিন্দুনা থমগদবনি, মসিগী মরমদা পূক্লীংদা ফত্তবস্মু থল্লোইদবনি। মতুংগী আশ্রমশিংদস্মু মসি ঙাক্কুনা লৈ-গদবনি। মরম অসিদগী মসিবু ব্রহ্মচর্য্য হায়না কৌরিবনি। মসিগী

মরমদা যোগ ভাষ্যকারনা অস্মুম্ হায়রি—"অথুপ্প মফম জননেন্দ্রিয়বু লাকশিন্দ্ৰনা থম্ব অসি ব্রহ্মচর্যানি।" অদুবু মসি লাকশিন্দ্ৰনা থম্ব অসি অতোপ্প ইন্দ্রিয়শিংগী মতেং লৌদনা কদৌঙৈদস্থ ওইথোক্রবা অমনি। অতোপ্প ইন্দ্রিয়শিংবুস্ লাকশিল্লবতদা মসিবু লাকশিনবা ঙমগনি। মরম অসিনা অশেংবা ব্রহ্মচর্য্য করিনো হায়বা অসি দক্ষস্মৃতিদা অস্মুম্ তাকলি—

(১) "নুংশিবী নুপীবু নত্রগা নুংশিবা নুপাবু পূক্নীংদা নীংবা, (২) মাগী মরমদা থাগত্তুনা ঙাঙ-শকপা, (৩) মাগা লোয়ননা শান্ন-খোংনবা, (৪) মাবু য়েংবা, (৫) মাগা পোয়ননা অথুপ্প রা ঙাঙনবা, (৬) মাবু ফংনবা রাখল তৌবা, (৭) মাবু শোয়দনা ফংগে হায়না পূক্নীংদা লেপ্প অমস্থং (৮) থাঙ্গশেংনা অনীমক তিন্নবা—হায়রিবা নীপাল অসিবু রাখল চাউবা মী-শিংনা মৈথুনগী (নুপা-নুপী তিন্নবগী) অঙ্গনি (শরুক্কি) হায়। মসিদগী ওন্ন-তৈননা চৎপবু হায়বদি মখোয় নীপাল অসি পূমথা থাদোকপবু ব্রহ্মচর্য্য কৌই।"

মরম অসিনা ব্রহ্মচর্য্য অসিবু শরুক নীপাল তিন্দুনা ওই, হায়বদি—পূক্নীংদা নীংদবা, থাগৎতবা, তিন্ন-তোংনদবা, য়েংদবা, অথুপ্প রা ঙাঙনদবা, রাখল থল্লুদবা, ফংগে লেপ্পবা অমস্থং শমনদবা নীপাল অসি তিল্লবদি ব্রহ্মচর্য্য মপূং ফায়।

বেদ, পুরাণ, স্মৃতিনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রশিংদা ব্রহ্মচর্য্য অসিগী মগুণ য়াম্ন থাগৎলী অমস্থং মসিবু নীংথিনা ঙাক্নবদি সংসার অসিদা তৌবা ঙম্মোইদবা থবক অমত্ত লৈতে হায়রি। অথর্ব্ব

কৌবা বেদ-দদি ব্রহ্মচর্য্যগী অচৌবা মগুণবু তাকপা ঈতোপ-তোপ্প সূক্ত অমা লৈ; মদু "ব্রহ্মচর্য্য সূক্ত" কৌই। মদুদা অস্মুম্ব হায়রি—"ব্রহ্মচারী মহাক্ন নীংবা মতুং ইন্না পৃথিবীদগী দ্যুলোক (স্বর্গ) ফাওবদা লৈরিবা পোং পুম্নমক ফংহনা অমস্তং মহাদা চগুনা লৈ। মরম অদুদগী লাই পুম্নমকস্মু ব্রহ্মচারীদুগী মহুংদা চঙহনা মাগী পুক্লীংগী মতুং ইন্দুনা লৈ।" "পিতর (পিতৃলোকতা লৈবা লাই), দেব, গন্ধর্ব্ব অসিনচিংবা লাই পুম্নমক ব্রহ্মচারীগী মতুং ইন্দুনা চংলী।" "জ্ঞান (ব্রহ্ম) ফংদ্রিঙৈগী মমাঙদা ব্রহ্মচারী শোয়দনা ওইগদবনি, ব্রহ্মচারী হুমাং তানা নোমহনা তপ তৌব-দগী হায়বদি লাইরিক নীংথিনা তম্বদগী খ্বায়গী মকোক ওইহনা হৌগংলী।" "মতৌ অস্মুম্ব ব্রহ্মচারী অহনা লাইরিক-লাইশু হৈহনা য়াম্ন ফাওবা ওইরগা মী পুম্নমকপু থোমজিন্দুনা মখোয়বু অফবা লম্বী তাক্লুনা পুক্লীং চাওখংহল্লী, মহুদগী মহাক য়াম্ন থুনমক নোংপোক থংবা সমুদ্রদগী অরাং থংবা সমুদ্র ফাওবা হুম্ন হন্ন চংলী হায়বদি মাগী মমিং য়াম্ন ফাওই।" "লাইরিক-লাইশু তম্বীরিবা আচার্য্য (ওঝা) ব্রহ্মচারী ওইগদবনি অদুগা প্রজা পালক (লৈবাক ঙাক্লুনা লৈরিবা) অঙম-অথৌস্মু ব্রহ্মচারী ওই-গদবনি (য়ুম পান্দুনা লৈয়বস্মু ঋতু মতম মতমদা মতম চানা অনীরক অহুমলক্তং মুপীগা তিম্নহনা লৈবা য়ুম্বানবা মী ব্রহ্মচারী ওইহনা লৈ)।" "মরমদি ব্রহ্মচর্য্যগী মশক ওইবা তপ তৌহনা রাজানা (লৈবাক ঙাকপা অঙম অথৌনা) লৈবাকপু নীংথিনা ঙাকপা ঙম্মি। (মুপী-নহাদা য়াম্ন পুক্লীং থিংজিন্দুনা লৈবা কনা অমত্তনা

লৈবাক তাকপা তমদে হায়বা অসি ইতিহাসনচিংবদা ফাওরিবনি)।
"অদুগা মশামক ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈবা ওঝা ব্রহ্মচারী ওইবা ছাত্রবু পামই।"

"লৈশাবী মচাস্থ মশামক ব্রহ্মচর্য্য চত্তুনা লৈরগা লাইরিক-লাইশু নীংথিনা তমদুনা অফবা পাখংমচাবু মপুরোইবা ওইনা ফংবা ঙম্মি। "ব্রহ্মচর্য্যগী মশক ওইবা তপ তৌরগা লাইশিংনা মৃত্যুগী মথক্ত জয় তৌই।" "ব্রহ্মচারীদা লৈরিবা জ্ঞান অদুনা মী পুম্নমকপু তাকশেন্দুনা লৈ।" "ব্রহ্মচারী মন্ডাল য়াম্ন লৈবা জ্ঞান লৌদুনা লৈ মরম অসিদগী ব্রহ্মচারীদা লাই পুম্নমক তিন্দুনা লৈরিবনি।"

অতোপ্প বেদগী মন্ত্রশিংনস্থ ব্রহ্মচর্য্যগী মতীক মগুণ অস্থুম থাগৎলি—"পরমাত্ম ব্রহ্মনা মৃত্যু (যম) গীদমক প্রজা পুম্নমকপু পী (জীব পুম্নমকপু পোকপা শিবা নাইহল্লী), অদুবু মহাকীদমক (মৃত্যুগীদমক) সুপনা ব্রহ্মচারীবুদি পীদে।" মতৌ অস্থুম বেদগী মন্ত্রশিং অসিদগী ঐখোয়না ব্রহ্মচারী অসি মতীক মগুণ কয়াম্মুক চাউবগে হায়বা অসি খঙবা ঙম্মি। অদুগা আত্মতত্ত্ব খঙনবা উপায়শিংগী মনুংদস্থ ব্রহ্মচর্য্য অসি অথোইবা উপায়নি হায়না তাকলি, মদুদি—"আত্মা অসি অচুম্ব ঙাঙবা (সত্য লৈবা), তপ তৌবা অমস্থুং মতম পুম্নমক্ত ব্রহ্মচর্য্য তাক্তুনা লৈবদগী অশেংবা জ্ঞাননা মরম ওইদুনা ফংবা ঙম্মি।" শ্রীমদ্ভগবদ্‌ গীতাদস্থ (গীতা ৬।১৪,১৫ অমস্থুং ৮। ১১) শ্রীভগবান্ন অস্থুম তাকলি—"ব্রহ্মচারীগী ব্রতদা লৈবা মী ঐগী (ভগবান্‌গী) স্বরূপ ফংই।" "পরমাত্মাবু

ফংনীংবা মী, ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌদ্রনা লৈ।" হরিবংশ কৌবা পুরাণদা উব্র' কৌবা ঋষিনা ব্রহ্মচর্য্যগী মতীক মগুণ থাগত্তুনা অস্মুম্ন হায়রি—

"নীংথিনা চৎলিবা ব্রহ্মচর্য্য অসিনা ব্রহ্মা ফাওববুস্থু মিপাই-হল্লী ( নীকহল্লী-কিহল্লী ), ব্রহ্মচর্য্যনু অথোইবা ওইনা মাঙদা থারগা পরম গতিবু ( মোক্ষবু ) ফংবা ঙম্মি। ব্রহ্মচর্য্যদা ধৈর্য্য ( থাঙবা ঙম্নবা শক্তি ) লৈ, ব্রহ্মচর্য্যদা তপ লৈ ( মসি লৈত্রবদি অকনবা থবক অমত্ত তৌবা ঙমদে। সংসার অসিদা ব্রহ্মচর্য্য নত্তনা মিং চৎনবা মরু ওইবা তপ ( অকনবা থবক ) অমত্ত লৈত্তে। মরম অসিনা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু লাকশিন্দুনা রূপ-রসনচিংবা বিষয় মঙাদা পূক্নীং থিংজিন্দনা ব্রহ্মচর্য্য তৌদ্রনা লৈগদবনি। মসিদগী হেনগৎপা করম্ব তপ লৈগনি।"

স্কন্দ পুরাণদা ব্রহ্মচর্য্যগী মরমদা অস্মুম্ন হায়রি—"ব্রহ্মচর্য্য অসি ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মরুনী, অথোইবা তপ-নী অহুগা ব্রহ্মগী মরু ওইবা শ্রী ( অফবা জ্ঞান ফংনবা অথোইবা উপায়গী মশক ওইবা শক্তি ) ব্রহ্মচর্য্যগী মশকনী হায়নৈ। যোগ পুম্নমক্কী মশক-নী, পুণ্য ওইবনি, পাপ পুম্নমকপু মাঙহনবনি, সিদ্ধি পুম্নমক্কী মরম ওইবনি অমস্মুং মসি অশেংবা শক্তিনী হায়না ব্রহ্মচর্য্যবু ঋষিশিংনা হায়।"

মহাভারত শান্তিপর্ব্ব'দা হায়—"বীর্য্য মৈগী মশক ওইবা ব্রহ্ম-নী, রস পুম্নমক অসিম্থু মহুগীনি।" "ব্রহ্মচর্য্য নীংথিনা ঙাক্লবদি পাঙ্গল য়াম্ন ফংই।" যোগদর্শনদস্থু অস্মুমনা হায়।

"ব্রহ্মচর্য্য নীংথিনা ঙাক্লবদি পাঙ্গল য়াম্ন ফংই।"

মতৌ অসুম্ন বেদনচিংবনা হায়রিবা ব্রহ্মচর্য্য অসি মরু ওইনা লাইরিক তমহনা লৈরিবা ছাত্র অমসুং ছাত্রীশিংগীদমকনি। অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি কনা অমত্তনা মসিগী মরমদা খল্লুবা তৌদ্রে। নত্ত-নত্তবা থবক্ক তৌহনা পুনসীগী মরু ওইবা ছাত্র-ছাত্রী জীবন অসিবু অরেম্বদা মাঙহল্লী। ছাত্র-ছাত্রী জীবন অসিদা লাইরিক লাইশু নীংথিনা তম্বগী মরমদা মখোয়গী পূক্লীং অদু থিংজিন্দুনা থম্লবদি লেমহৌরিবা পুনসী অদু নুংঙাইনা লেনবা ঙমগদবনি নত্রবদি অরাবদা ফংহনা অরেম্বদা তাগদবনি। অয়াম্ব চাত্র-ছাত্রীশিংনা মখোয়গী মথৌ কব্রিনো হায়বসি করিমত্ত খন্দে। নুপী-নহাগা তিন্নবগীত হোংনহনা লৈবনা মখোযগী মথৌ ওইনা তৌই। মখোয়না মসি পূম্নমক অসি থাদোক্লুনা "ঐখোয়গী" লৈবাক্কী কবি কান্নবা ওইগদগে হায়বসি শোয়দনা খনগদবনি। হৌজিক্কী মতমদা কনা কনাগুম্ব পাখংমচাশিংদি তৌহৈদবা থবকপুম্ব তৌহনা লৈ। মখোয়গী মরমদা শাস্ত্রনা অসুম্ন হায়রি—'সনা হূরানবদা অমসুং গর্ভপাত ( অঙাং য়েথবা ) তৌবদা লৈবা পাপ অদুগা চপ মান্ননা অযোনিদা ( নুপীগী অথুপ্প ইন্দ্রিয় নত্তবদা ) বীর্য্য তাহনবা মীগী পাপ লৈ।" "নুপা ওইবশিংগী মন্নুংদা য়াম্ন যত্তবা রাখল তৌহনা লৈবা, য়াম্ন পঙবা, ফত্তবা লমচৎ চৎপা অমসুং নুপী নত্তবা অতোপ্পগা শম্নহনা লৈবা মখোয় অহুদি শোয়দনা নপুংসক ওই ( নুপীসু নত্তবা নুপাসু নত্তবা অনীগী মরক্ত লৈবা মী ওই ) মহাক অহুদি নুপা ওইবগী থবক অমত্ত নীংথিনা তৌবা ঙমদবা মী ওই।"

ছাত্রগী পুনসী অসি য়াম্ন মরু ওইবা মতমনি। মশাগী ঈমুং মনুংগী অমস্তুং শৈবাক্কী ওইনা চাওখৎপসি মখোয়গী মথা পোন্দুনা শৈরিবনি। লরায়দা লৌউ-শাংউ তৌহনা লৈবা মী মশাগী অমস্তুং ঈমুং মনুংগী খরা চাওখৎনবা তৌহনা লৈরবস্থ লৈবাক্কী চাওখৎপা অসিদি লাইরিক-লাইশু নীংথিনা হৈবা লৌশিং শিংবা মীদগী ওই। লৌশিং শিংবা মীনা য়াম্ন কন্ন নোম্নবতদা অমস্তুং খণ্ডদবা অপণ্ডবা মীবু খণ্ডহন্দুনা তাক্রবতদা অহুগা লৈবাক্কী চাওখৎনবা থবক তৌহল্লবতদা লৈবাক চাওখৎপা ঙমগদবনি। মখোয়না মাগী মরৈবাক্ক লায়রহুনা শৈরিবসিগী মরমদা খনগদবনি অমস্তুং লায়রবস্থ কোক্লনবা উপায় থিগদবনি। মরৈবাক্কী লায়রবগী মরু ওইবা মবম লৈবাক অহুদগী মপান্দ শেল য়াম্ন চৎখিবা অমস্তুং মপান্দগীদি শেল য়াম্ন লাক্রবননি। চৎখিবনা যাম্ব অদুগা অরাকপনা য়ামদ্রবদি লায়রবা ময়েক্ক তাবনি। মী অমনা থা খুদিংদা লুপা ৩০, তাল্লগা, থা খুদিংগী লুপা ৪০, চাদিং তৌরবদি, লুপা ১০, পুদুনা চাদিং তৌবা তাই, অহুগা পূরুরিবা শেল অদুস্থু শিংদোকপা ঙমদবা তাই, মদুনা মরম ওইদুনা নোংম-নোংমগী লায়রবা শোয়দনা হেনগৎলক্কনি। অহুগা লুপা ৪০, তাল্লগা লুপা ৩০, চাদিং তৌরবদি মাগী মখুত্তা থা খুদিংগী লুপা ১০, লৈহৌগনি, মহুদগী মহাক বাবহাৱিদা স্নুংঙাইবা মী অমা ওইগনি অমস্তুং চহী খরগী মতুংদদি মহাক ঈনাক খুনবা মী অমস্থ ওইবা য়াই। খুদম অসিগী মতুং ইম্ন ঈরৈবাক্ক তানবা শেল অহু মপান্দগী পোৎ লৈবদা য়াম্ন চৎপ্রবদি, অহুগা

লৈবাক অতূদগী মপান্দ থাদোকখিবা পোৎনা য়ামদবা মরমনা মপান্দগী লাকপা শেন্ন চৎখিবা শেন্দগী য়ামদনা লাক্লবদি পূদূনা লৈবা ময়েক্ক তাবনি অমস্থুং নোংম-নোংমগী লায়রবা হেনগৎপা শোয়দবনি। মসি কোক্লবা উপায়দি ঈরৈবাক্ত শাবা পোৎ-চৈশিং অহূ লল্লোন-ঈতীক তৌহ্না মপান্দ য়াম্ন থাদোকখিবা, অহূগা মীরৈবাক্কগী ওস্নমখৈ পোৎ লৈক্লদ্রগা লৈবাকী মন্নুংদা শাবা পোৎ শীজিন্নবনি। অহূবু মসি পুম্নমক অসি করিমত্ত থন্দনা মপান্দগী অকে-অমোগী পোৎ, মমল য়াম্ব ফজবা ফি-নচিংবা মখল মথা অয়াম্ব লৌদূনা অরেম্বদা মপান্দ শেল য়াম্ন চৎলী। চুরুট থকপত্তদা চহী খূদিংগী লুপা লাখ কয়ামুক মপান্দ চৎলী। মসি পুম্নমক অসি কোক্লবা অমস্থুং ঈরৈবাকপু ঈনাক খুল্লহন্নবা উপায় তৌবদি, লমচৎ য়াম্ন ফজনা চত্তূনা লৈবা, লাইরিক-লাইত য়াম্ন হৈদূনা লৌশিং শিংবা নহারোলতনা ওমগদবনি। ঈরৈবাক্ত শাবা ফি শেংপা অমস্থুং ঈরৈবাক্ত ফংবা পোৎ ওম্ব মথৌ শীজিন্নবদা করিগী ঈকাইবা লৈগনি? মহূ পূম্নমকপু তক্ক তক্লনা শেৎ-ইল্লবদি অমস্থুং শীজিন্নরবদি শোয়দনা থাগৎনফম ওইগদবনি। চুরুট থকপা থাদোকপা অমস্থুং অতৈবুস্থ থাদোক-হনবদা করি কায়বা লৈ? মতূদগী অফবা ওাক্ত ওইগনি। হকচাংস্থু য়াম্ন ফবা হেঁনগৎকনি।

ঈরৈবাক অসিদগী মপান্দ লৈদূনা লাইরিক তম্ব ছাত্রশিংনা লায়রবা মমা-মপাদগী অমস্থুং মরৈবাক্কগী থা খূদিংগী শেল য়াম্ন লৌরগা মহৈ ফংনবা হোৎনরি। মখোয়নস্থু, মখোয়না লাক্লিবহ

করি তৌনবা লাকপনো, মহ্র মতৌ করম্ নীংথিনা মপুং ফাবা ভমগদগে, মখোয় মখোয়গী য়ুমশিং অদুগী অবস্থা করিনো , অতোপ্প ছাত্রশিংগী অবস্থানা করিনো ? অসিনচিংবা খন্দুনা লাইরিক তম্বদা পুক্নীং থিংজিনগদবনি । অদুগা মপানগী ফীবম অহ্ম য়েংলগা অমস্তুং খঙলগা ময়ুমদা লাক্লবা মতুংদস্তু মহুগী মতুং ইম্ম লৈবাক্তী চাওখংনবা হোৎনবদা মখোয়গী পুক্নীং থিংজিনগদবনি , মহুদগী মখোয়গী পুনসী অহ্ম অহল-লম্মনগী অমস্তুং লৈবাক্তী সেবা তৌহ্ননা লৈবা মরমদগী শোয়দনা মহয় য়ানগদবনি অমস্তুং মখোযগী মমিংস্তু মতম কুইনা শোয়দনা লৈহৌগনি ।

মমাঙউদদি ছাত্র পুম্নমক গুরুকুলদা চত্তনা লাইরিক-লাইশু তম্মরম্মী অমস্তুং মখোয়গী শমচৎ অদুবুস্তু গুরুকুলদা লৈরগা শেংদোক্লবা হোৎনরম্মী । গুরুকুলদা লৈবা মতমদা লায়রবা ঈনাকখুনবা, মীচম, নিংথৌমচানাচিংবগী খেন্নবা অমত্ত লৈরমদে। মখোয় পুম্নমক অমত্ত ওইনা লৈরগা গুরুগী সেবা তৌহ্ননা অমস্তুং ভিক্ষাগী চেঙ চাদুনা মহৈ তম্নবা হোৎনরম্মী। গুরুস্তু মখোয়দা খেন্নবা থমদনা মখোয় পুম্নমকপু মানা মানা পাস্ব মহৈ তম্বীহ্ননা লৈরম্মী, অদুগা মখোযগী অকনবা পরিক্ষা লৌরগা ময়ুম ময়ুমদা হলহনখি । গুরুকুলদা লৈবা মতমদা লায়রবা মচা অমস্তুং অচৌবা মচা অনীগী খেন্নবা লৈতে হায়বা অসিগী মরমদা খুদম ওইনা সুদামা অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণবু পৌবা য়াই। সুদামা য়াম লায়রবা ব্রাহ্মণ মচা অমা ওইরম্মী। সান্দীপনি ঋষিগী মনাক্ত মহৈ তম্ব লোইরবগী মতুংদা মখোয় অনীমক ময়ুম

ময়ুমদা হনখিল্লনা মুম্বান-কৈবান্দুনা লৈরবা মতমদা সুদামাগী লোয়নবীনা ( মতুনা ) মখোয়গী লায়রবা অহু কোক্লবা নোংমা সুদামাবু শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা থাখি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা পীনবা উপহার ( অখেনপোং ) ওইনা মীওাম্দগী চেঙ খুজোক ময়রি নিকুরগা সুদামাদা পীখি। সুদামা দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক য়ৌরবদা, মহাকপু উবমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা চেনশিল্লক্লুনা মহাকপু কোল্লগা কোন্নুং মনুংদা পুরক্লম্মি অমম্নুং সিংহাসনগী মশক ওইবা চৌকি অমদা ফমহল্লগা ঈশিং পুরক্লুনা মাগী মখোঙ হামই অমসুং চরণামৃত থক্লুনা মহু কোকথক্তসু হাল্লী। মসি উরগা কোন্নুং মনুংগী নুপী-নহানচিংবা মী পুমমক্না য়াম্ন ঙকখি অমসুং হায়—

"সংসার অসিদা নিন্দা তৌনফম ওইবা লায়রবা অমসুং ভিক্ষা তৌদুনা চাবা অবধূত ( মফি-ময়োল নাংথিনা য়াওদবা ) অসিনা করম্ব পূণ্য তৌরকপনো? মহুদগী ( পুণ্য অদুদগী ) লোক অহুমগী গুরু ওইবা মতম পুম্নমক্ত লক্ষ্মীনা সেবা তৌদুনা লৈরিবা অমসুং পর্যাঙ্কগী মথক্তা লৈরিবা রুক্মিনীনচিংবী দেবী পুম্নমকপু থাদোক্লুনা চেনখ্রগা শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু ময়াম্বগী মতৌ-গুম্ন কোন্দুনা পুরকই।" অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা সুদামাবু লোখাহল্লগা রারী-রাতায় শাদুনা অম্মুম্ন হায়— "হে ব্রহ্মন্। গুরুপত্নীনা উমংদগী শীং য়াম্দুনা পুরকউ হায়ররবদা ঐখোয় অনীনা উমংদা চৎলগা শীং য়ানবা মতমদা থোকখিবা থৌদোক অহু নঙ হোউজিক নীংশিংলিব্র? মতম অদুদা ঈশঙ থঙহৌদনা

নোং য়াম্ন কন্ন চুপ্পকখি অমত্তুং অকনবা অথাক অরাউ য়াওবা নোং চুখি। মতুপ্তগী লম্বী খঙদতুনা ঐখোয় অনী, থুং শপ্পনা উমংদা কোয়থনা অহিং অতু উমং অতুগী মন্থুংদা লেনখি। নোংঙাল্লবা মতমদা সান্দীপনি গুরুনা ঐখোয় অনীবু থিবা, উমংদা লাকখি অদুগা ঐখোয় অনীবু উরগা অস্মম্ন হায়খি— "অহো, হে দ্বিজগী! নখোয়না ঐগীদমক য়াম্ন অরাবা ফংলে। থরায় পানবা পুম্নমক্কী মথরায়বু খ্বায়দগী হেন্ন দুংশিনা থম্নিবা ঙাক্তনি। অতুবু নখোয়দি মতুবু থাদোক্তনা ঐগীদমক হোৎনরি। গুরুগীদমক অশেংবা ভাব তৌদুনা মশা পুম্নমকপু কখোকপা অসি অফবা শিষ্যশিংনা, গুরুনা পীবা বিদ্যাগী মমল কোক-থোকপনি। হে দ্বিজগী মন্থুংদা অথোইবা দ্বিচাশ্মা। নখোয়বু ঐনা য়াম্ন পেল্লে। নখোয়গী পুক্নীংদা নীংবা পুম্নমক থুংবা ওইসনু, অদুগা অয়াত-যাম বেদ (হৌজিক ফাওবা ফংত্রিবা বেদ) বিদ্যা পুম্নমক যংবা ওইসনু॥"

মসিনি মমাঙৈগী বিদ্যা তম্বসি। গুরুসু শিষ্যশিংদগী সংসারগী পোং অমত্ত পামদে, অত্তবু মরক মরক্ত শিষ্যশিংবু, গুরুগী মফমদা ভক্তি লৈরবা নত্রগা লৈতবরা হায়বসি শোয়দনা পরিক্ষা তৌদুনা য়েংলম্মি; গুরুভক্ত ওইবা শিষ্যশিংবু বিদ্যা পুম্নমক নীংথিনা পীরগা মযুম মযুমদা থাখি। অতুবু শ্রীকৃষ্ণদি তৌবা ঙম্ন অমা ওইবা মরমদগী গুরুদগী বিদায় লৌদুনা চৎলম্ন-দাইদা গুরুদক্ষিণাগী মশক ওইনা গুরুদা মাগী শিত্ররা মচাবু অমুক হন্ন পুরক্তুনা পীখি। মসিগী বারম হরিবংশ কৌবা পুরাণদা য়াওরি।

হৌজিক্কী মতমদদি অসিগুম্ব গুরু-শিষ্য ভাব অসি লৈখিদ্রে। গুরুম্ব শিষ্যগী মফমদা করম্ব লম্চৎ চৎপা হৌনৈ হায়বা থঙদ্রে। মঙ্গুগী মহম্ম ওইনা হৌজিক গুরু অমস্তুং শিষ্যগী মরুদা থেন-চৈনবসি য়াম্ম থোক্লি। মহুদগী বিদ্যা তম্বসি, মপুং ফানা মহম্ম য়াম্রবনি। ছাত্রশিংনা গুরুদা সম্মান তৌগদবনি, মহুতদা গুরুনা ছাত্রশিংবু মানা থঙবা বিদ্যা অদু নীংথিনা তম্মীগনি। ময়েক অমত্তং ফাওবা নীংথিনা তম্বীরিবা গুরুগী মরমদা শাস্ত্রনদি অসুম্ম হায়রি—“গুরুনা ময়েক অমক্তং ফাওবা শিষ্যবু তম্বীরবস্তু মহুগী লম্নন কোকথোক্লবা গুরুদা পীবা যাবা পোৎ অমত্ত পৃথিবীদা লৈতে।”

মথক্তা হায়খ্রিবা সুদামা অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণগী থুদম অসিদা নত্তে। অসিগুম্ব থুদম কয়া লৈ, মহুদগী (গুরুগী সেবা তৌবদগী) শিষ্যশিং অহুগী হৌজিক ফাওবা মমিং চঙ্‌না লৈরি। মহাভারতকী আদিপর্বগী অহৌবমক্তদা য়ারী অমা লাকই। আয়োদধৌম্য কৌবা ঋষি অমগী মনাক্তা আরুণি, উপমন্যু অমস্তুং বেদ কৌবা শিষ্য অহুম লৈরম্মি। নোংমা গুরুনা আরুণিবু লৌবুক্ত চৎলগা ঈশিং চথোক্তনবা পল ‘ভাকউ’ হায়দুনা থাম্ম। আরুণিনা লৌবুক্ত চৎলগা পল ভাক্লবা থোংনবদা পল ভাকপা হুমত্রবদা, মহাক মশামক পল ওইনা হীপ্লগা ঈশিং থিংগৎনা লৈখি। মতুংগী থুমিত্তা আরুণিবু উত্রবদা গুরুনা মাবু থিরক-পদা মানা পল ওইনা হীপ্পুনা লৈবা উই। মহুদা পেন্নহুন্না মহাক্কী মমিং উদ্দালক হাযনা থোনখি। অহুগা ছান্দোগ্য

উপনিষত্তা ফাওরিবা শ্বেতকেতুগী মপা উদ্দালক হায়রিবা অহানি। উপমন্যুস্থু চাদ-থক্তনা গুরুগী মপ শেন্দুনা লৈবা মরমদগী চাহৈদবা চারুবদগী মমীৎ অনীমক তাওখি, মতুগী অমম গুরুনা থওনবদা অশ্বিনীকুমার কৌবা লাইশিং কৌদুনা লায়য়েংহনখি অমসুং মমীৎ তাওবা অদু ফহনখি। মহাক প্রথম উপনিষৎ-নচিংবদা ফাওরিবা উপমন্যু অদুনি। বেদসু, ষণ শগোলগী মতৌগুম্ব অহিং নুংথিল নাইদনা গুরুগী সেবা তৌজরবা ভুংদা য়াম্ন ফাওবা ঋষি অমা ওইখি।

গুরুকুলদগী শিষ্যশিংবু মযুম মযুমদা হলহনখিবা মতমদা সমাবর্ত্তন সংস্কার তৌহল্লগা শিষ্যশিংবু গুরুশিংনা মতৌ অসুম্ন পাউতাক পীনরমই- অচুম্ব হায়মু (ওাওদু), ধর্ম্মগী লমচৎ চৎলু, নওনা তত্ত্ব-বিদ্যাগী মরমদা লাফথোকপা তৌগনু, আচার্য্য (গুরু) না পাম্ব দক্ষিণা পীরগা যুমদা চত্তুনা লুহোংউ, শাগৈ মাওদনবা নচা-নশু পোকপগী মথং মনাও কায়হনগনু, অচুম্ব ওাওবদগী লায়-থোক্নুনা কদৌওৈদসু অধর্ম্মগী লমচৎ চৎকনু, নশা ওারুবা অফবা থবক তৌবদগী লায়থোক্নুনা ফত্তবা থবক তৌগনু, চাওখৎ-নবগীদমক অকবা থবক তৌবদা লায়থোকনু, নওনা তমখিবা বিদ্যা অহুদগী অমসুং মহুবু. অতোপ্পদা তম্বীবদগী কদৌওৈদসু লায়থোকনু, লাই অমসুং শিগ্রবা অহল-লমনগী শ্রাদ্ধনচিংবা থবক তৌবদা কদৌওৈদসু লায়থোক্নুনা লৈগনু. নমাবু লাইমক্কী থন্দুনা মাগী সেবা তৌ, আচর্য্য (গুরু-ওজা) বু লাইমক্কী থন্দুনা মাগী সেবা তৌ, অথাপ্পদগী লাকপা অতিথিবু লাইমক্কী থন্দুনা

মাগী সেবা তৌ, নিন্দা তৌনফম ওইরোইদবা অকবা থবকশিং অহুতা তৌগদবনি, মহু নত্তবা নিন্দা ওইগদবা থবকশিং থক তৌরোইদবনি, আচার্য্য ওইবা ওজাশিংনা অক্ষবনি হায়না তৌরিবা থবকশিংহু নহাক্‌ শোয়দনা তৌগদবনি, আচার্য্যশিংনা তৌরবস্থু ফত্তবা থবক ওইয়বদি মহু নহাক্ল তৌরোইদবনি। আচার্য্য ওইবা, নখোয়দগী হেনবা কনাগুম ব্রাহ্মণশিং লাক্লবদি মখোয়না ফমনবা আসন (ফিদা) থাপ্পনা পোখাহনগদবনি, শ্রদ্ধাগা লোয়নননা দান তৌগদবনি, শ্রদ্ধা লৈতনা দান তৌরোইদবনি, নগুনা গুমজবগী মতুং ইন্না দান তৌগদবনি, ঐনা তৌরিবা দান অসি থজিক্তনি থন্দুনা ঈকায়বগা লোয়ননা দান তৌগদবনি, চাউথোকপগা লোয়নননা দান তৌরোইদবনি, ঐনা পীগদৌরিবা দান অসি শোয়-ঙাম্বদি য়াওরোইদরা থন্দুনা অকিবগা লোয়ননা দান তৌগদবনি, ধর্ম্মগী থবক তৌবদা নহাক্কী পুক্নীংদা চিংনরবদি নক্লগা পুনসী চংনবা থবকী অফ-ফত্তগী মরমদা নহাক্ল চিংনরবদি, নহাক্ল লৈরিবা মফম অহুদা লৈবা, লৌশিং শিংবা ধর্ম্মগী থবক্ত চঙহুনা লৈবা মশামকস্থু ধর্ম্ম পরায়ণ ওইবা পুকচেল তিংবা অমম্বুং ধর্ম্ম পাম্ব ব্রাহ্মণশিংদা হংউ, অহুগা থবকশিং অহুগী মরমদা মখোয়না চংপগুম নখোয়স্থু চংলু, মতৌ অহুগুম দোষ লৈ .হায়না চিংনহুনা লৈরিবা মীশিং অহুগী মরমদস্থু, নহাক্ল লৈরিবা মফম অহুদা লৈবা লৌশিংশিংবা ধর্ম্মগী থবক্ত চঙহুনা লৈবা, মশামকস্থু ধর্ম্মপরায়ণ ওইবা পুকচেল তিংবা ব্রাহ্মণশিংদা হংউ, মখোয় অহুনা অতোপ্পশিংগী মফমদা চংপা

"অহুগুম্ন নখোয়স্তু অতোপ্পগী মকমদা চংলু, মসি বেদ শাস্ত্রনা তাকপা পাউতাক্লী, মসি বেদগী অর্থ্ম রা ভাক্তনি, মসি বেদগী হায়বদি ঈশ্বরগী অজ্ঞ (য়াথং) নী, মসিগী উপাসনা মখোয়না তৌগদবনি, মসিগী মতুং ইন্না নখোয়না লমচং চংকদবনি।"

অকবা লমচং চত্তুনা লৈরগা লাইরিক তম্ব লোইরবা মতুংদা অসিগুম্ব (মথক্ত হায়খ্রিবা) উপদেশ (পাউতাক) লৌদুনা মযুমদা হনখ্রিবা ছাত্রশিং অহুগী পুনসীদা করিগী চাওখংপা ফংলোই-দৌরিবনো? হায়রিবা মথক্কী উপদেশশি অসিবু হৌজিক স্বতন্ত্র ওইরবা মতুংদা ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়শিংদস্তু সমাবর্ত্তন সমারোহগী (Convocation) মতমদা উপকুলপতি (ভাইস চান্সলর) না বিঃ এঃ, এমঃ এঃ গী ছাত্রশিংবু উপদেশ পীবদা হায়।

গৃহস্থাশ্রমদা চত্তুনা লৈরিবা মীশিংনস্তু ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈনবা হোংনগদবনি। আশ্রম অসিদা মতৌ কয়ম্ন ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈগনি হায়বা অসিগী মরমদা শাস্ত্রনা অস্নুম্ন তাক্লি—

'মতম পুম্নমক্ত মকম পুম্নমক্ত অমস্তুং কাউভম পুম্নমক্ত থবক্তগী, পুক্লীংদগী অমস্তুং ৱাহয়দগী নুপী-নহাগা শম্নবা থাদোক-পবু ব্রহ্মচর্য্য কৌই।" হায়রিবা ব্রহ্মচর্য্য অসি ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈদুনা লাইরিক তম্ব, পুনসী চুপ্পা নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈবা, সন্ন্যাস লৌদুনা লৈবা অমস্তুং বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈবা মীশিংগীদমক্তনি। অহুগা গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মীশিংগীদমক্তি থা থুদিংগী মখোয়গী লোয়নবীশিংগী ঋতু (চাথুম থোকপা) মতমদা শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মগী মতুং ইন্ন মখোয়না ফমদিন্নদুনা ('শয়দুনা) লৈববু ব্রহ্মচর্য্য কৌই" (যজ্ঞবল্ক্য সংহিতা)

মহাভারত অনুশাসন পর্ব্বদা অস্তুম্ন ইরি—"ঋতু মতমতদা মাগী লোয়নবীগা ফমদিন্নদুনা লৈবস্তু ব্রহ্মচারী ওইদনা লৈ।" সুশ্রুতগী ঋতু মতমগী মরমদা মসুনা অস্তুম্ন হায়রি—

ঋতুগী অহানবা নুমিৎ মরিনিগা লোয়ননা নুমিৎ ১৬ নি নুপীশিংগী হেনলা ওইনা ঋতু কৌই। মদুগী মনুংদা অহানবগী নুমিৎ মরিনি, ১১ শুবা নুমিৎ অমস্তুং ১৩ নি শুবা নুমিৎ নিন্দনীয়নি (ফত্তে)। মদুদগী লেমহৌবা নুমিৎ ১০ নি অফবা নুমিৎশিংনি।"

নুমিৎ ১০ অসিগী মনুংদস্তু ৫ শুবা নুমিৎ ঈ খরা লৈহৌবনা শেংদবা মরমদগী ফত্তে, অদুগা ১৬ শুবা নুমিৎস্তু থাথিংবা নুমিৎ ওইবা মরমদগী ফত্তে। মরম অসিনা ফত্তবা নুমিৎ ৮ বু থাদোক্লগা লেমহৌবা অফবা নুমিৎ ৮ বু মাগী লোয়নবীগা ফমদিন্নদুনা লৈরবস্তু ব্রহ্মচারী ওইদনা লৈ হায়বা অসিস্তু অস্তুম্ন ভাব্রি— "হায়রিবা ফত্তবা নুমিৎ ৮ অদুগা অতোপ্প ঋতু য়োগ্রিফাওবগী অরেম্ব নুমিৎ পূন্নমকপু থাদোক্লগা লেমহৌবা নুমিৎ ৮ নিদুগী মনুংদস্তু পক্ষগী (একাদশীনচিংবা অাইগী নুমিৎশিং) থাদোক্তুনা গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মীনা মাগী লোয়নবীগা ফমদিন্নদুনা লৈরবদি মহাক ব্রহ্মচারী ওইদনা লৈ।"

আয়ুর্ব্বেদগী সুশ্রুত সংহিতাদস্তু অস্তুম্ন হায়রি—

"অহানবগী নুমিৎ ৪ থাদোক্লগা লেমহৌবা নুমিৎ ১২ নুপীগী ঋতু মতমনি। মতম অসিদা মথোয়গী অশেংবা রজ লৈ।"

মসিদা শাস্ত্রকারশিংনা হায়রিবা বা পুরমক অসিগী অথুপ্প হীরম করিনো হায়বা খঙনবা শারীরিক বিজ্ঞানগী মতুং ইন্ন ডাক্তরশিংনা হায়বা রা খরদং খঙবা চুম্মি। নুপীগী পুক্কী মথাথংবা শরক্ত অথুপ্প ইন্দ্রিয়গা শমনা গর্ভাশয় ( Uterus ) হায়বদি অঙাং লৈনবা খাউ লৈ, মসিবু জরায়ু হায়নসু কৌই, মসি খরা শাংতক ভোৌব পুংদোনগী মওঙওঙুম্বনি। গর্ভাশয় অসিগী মথক্কী নাকল অনীদা চুপ্পু মরুগী মওঙওঙুম্বা অমসুং ইঙ্কি অমরোম শাংবা খাউ অনীখক লৈ। অনী অদুবু ডিম্বাশয় নত্রগা ডিম্বকোষ ( Ovaries = মরুম লৈ-নবা খাউ ) কৌই। ডিম্বাশয় খুদিংমক্কী মনুংদা য়াম্ন পীকপা ঙা মরুমওঙুম্ব মরুম (Ovun ) তরা কুনমুক লৈ। অদুগা গর্ভাশয়গী নাকল অনীমক্ত খুৎকী মতোঙুম্ন মাগী মকু ( Fundus ) দগী হৌদুনা ইঙ্কি অহুমলোম শাংবা নালী ( নালা নত্রগা খোং ) মচা অনীখক ডিম্বাশয় অনীমক্ক শমদুনা লৈ। নালী মচা অনী অসিবু নুপীগী বীর্য্যবাহিনী ( মরুম পু-নবা ) নালী ( Fallopian Tubes ) কৌই। নুপীমচাশিংনা মপুং ফাবা লৈশাবী ওইরবা মতমদা মখোয়গী ডিম্বাশয়, বীর্য্যবাহিনী নালী অমসুং গর্ভাশয় অহুম অসিগী মশাদা ঈ লৈবা হেনগৎলক্তুনা মখোয়শিং অহুদগী ঈ চেম্থোকলকই। মদুবু নুপীগী ঋতু-থা মাংবা (Menstruation) কৌই। মতম অদুদা নুপীগী বীর্য্যবাহিনী নালী অদু হোদুনা লৈবা মরমদগী নালী অদুদা ডিম্বাশয়দগী মরুম লাকই, অদুগা গর্ভাশয়গা শমদুনা লৈরিবা নালীগী মচীন অদুসু খজিক্তং

হোদ্না লৈ, মদ্ ঋতু হৌবা নুমিত্তগী মুমিৎ ১৫ নি ফাওবা লৈ। অদ্গা ১৬ নি শুবা নুমিত্ত হিংঙৗ। হোদ্না লৈবা মতম অদ্দা নুপী নুপা কমদিন্নবদগী গর্ভাশয়গী মনুংদা নুপাগী বীর্য্য ( Semen ) য়োরবা মতুংদা বীর্য্য অদুদা লৈরিবা জীবানু নত্রগা শুক্রানুশিং ( Spermatozoa—বীর্য্যদা লৈবা য়াম্ন কুপথ্রবা মহীক-শিং ) অদ্ নালীরোমদা চেনশিল্লী। মখোয় অদু নালী য়োবা শুমনবা য়াম্ন কম হোংনরবস্তু য়োবা শুমদনা লমখাওদা মাওবনা অয়াম্বনি। করিগুম্বদা মহীক অমত্তং নালী য়োবা শুন্নবদি মদ্ নাপীদ্দা লৈরিবা মরূম অদ্গী মনুংদা চঙি। মতৌ অসুম্ন অনী অদ্, তিন্নবদগী মরূম অদ্ য়াম্ন লেঙ-ওৎপা হৌরক্না মীওইবগী হকচাং অসি ওইরকই। ডিম্বাশয়দগী লাকপা মরূম অমসুং বীর্য্যদগী চংখিবা জীবানু অনী অদ্ নীংথিনা মপুং ফানা মুন্নবদি অনী অদ্দগী শাগৎলকপা হকচাংস্তু য়াম্ন ফৈ, নত্রবদি ফত্তে। মদ্দস্তু নুপীগী মরূম অদ্ নুপাগী জীবানুদগী থোইনা হেন্ন কল্লবদি নুপী পোকই, অদ্গা নুপাগী জীবানু অদ্না নুপীগী মরূমদগী হেন্ন কল্লবদি নুপা পোকই, অনীদ্ চপ মান্নবদি নপুংশক ওই ( পোকই )—মসিদা শাস্ত্রগী প্রমাণদি মনু-স্মৃতিদা হায়—" নুপাগী বীর্য্য থোইনা হেন্ন কল্লবদি নুপা পোকই, নুপীগী রজ ( মরূম ) থোইনা হেন্ন কল্লবদি নুপী পোকই। অনীমক্কী রজ অমসুং বীর্য্য ফত্রবদি গর্ভ ওইবা ঙমদে।"

মথক্ত হায়খ্রিবা অফবা মুমিৎ নীপাল অদ্গী মনুংদস্তু ব্রত-উপবাসনচিংবা ওইবা মুমিৎ লাই-গুরুগী শ্রাদ্ধ-নচিংবা তৌবা

নুমিৎ অমসুং পর্ব্বগী নুমিৎ লাক্লবদি মদ্‌সু থাদোক্কদবনি। পর্ব্বগী নুমিৎশিংবু মনুস্মৃতিদা অস্মু তাক্লি— "ন্‌পীগী ঋতুগী মতম ওইরবসু থাশী নুমিৎ, থানিল (পূর্ণিমা) নুমিৎ, পানথং-লকপা অমসুং শিথরকপা থাথায় অনীসিগী নীপাস্মি পানবা অমসুং তরামরিনি পানবা নুমিৎশিং অসিদসু য়ুম্নানবা মীনা ব্রহ্মচারী ওইদ্‌না লৈগদবনি।"

পীক্লিঙদগী হৌদ্‌না ন্‌পা ন্‌পী অনীমক ব্রহ্মচারী ওইদ্‌না লাক্লগা য়ুম পাল্লবা মতমদসু মথক্ত হায়রিবা নিয়মগী মতুং ইন্ন লৈরবদি মখোয়দগী পোকপা মচাশিং অদ্‌ শোয়দনা মশা ফবা অমসুং পৌশিংশিংবা ওইনা পোক্কনি হায়বা অসিদা করিস্ম চিংনফম লৈতে। য়ুম পাম্লিঙৈগী মমাঙদগী বীর্য্যবু মাঙহনবা হৌরবদি মখোয়গী মচাশিং অদ্‌ মশা ফংলোই অমসুং অমসুং মখোয় মশামকসু শোন্দম নাদম তৌদ্‌না লৈগনি, মদ্‌দগী করিগুম্ব অকনবা অমসুং অপাম্ব থবক অমত্তা তৌবা ঙম্মোই হায়বা অসিগী মরমদদি করি অমুক হায়গনি।

য়ুম্নান্দূনা লৈবা মতমদা ব্রহ্মচারী ওইদ্‌না লৈবা অসিদি ন্‌পা-ন্‌পী অনীমক পুক্নীং অমত্ত ওইনা য়া-নদ্‌না ঙম্ব মখৈ ব্রহ্মচারী ওইদ্‌না লৈনবা হোংনগদবনি। গর্ভ লৈগ্রবা মতুংদদি মচা পোক্ক্‌না থা অনী অহুম গুত্রিবা ফাওবা মখোয় অনীমক ব্রহ্মচারী ওইদ্‌না লৈগদবনি। মসি নত্তবা মতমদদি ন্‌পীগী ঋতু ওইরবদা মুপানা মাগা (নুপীগা) লোয়ননা তিন্নত্রবদি মহাপাপকী মশক্নী হায়বা অসি গৌতম স্মৃতি কৌবা শাস্ত্রনা

অস্মুম তাক্রি— " শাউবদগী ঈদ্বোক্লবস্থ নত্রগা মুংঙাইতবদগী চৈব-থাংবা তৌহনা লৈরবস্থ ঋতুগী মতমদা মাগী লোয়নবীগা ফমদিন্নদবা মী অহুবু ক্রহত্যা তৌবগা চপ মান্নবা পাপীন হায়না খঙউ।" মরম অসিনা লংকৈ-ঈকৈ চংথোক্লবদি নত্রগা মুমদা অকনবা অনা-অয়েক লৈত্রবদি ঋতুগী মতমদা মাগী লোয়-বীগা শোয়দনা ফমদিন্নগদবনি।

অহুগা কনাগুম্ব নুপা অমত্তনস্থ অতোপ্পগী নুপীগা লোয়ননা ফমদিন্নরোইদবনি, অহুগা মসি পুক্লীংদা যাওবা খল্লোইদবনি। অতোপ্পগী নুগীগা ফমদিন্নরবদি অমস্থং মহুগী রাখল খল্লবদি মী অহুনা তৌজবা অমস্থং তৌজগদৌরিবা ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্নমক অরেম্বদা মাঙগনি। মস্থম তৌবা অসিবু শাস্ত্রনা য়াম্ন কন্ন থিংলি। মহাভারত অনুশাসন পর্ব্বদা অস্মুম ইরি— "ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয়-নচিংবা বর্ণ মরিদা লৈবা নুপাশিংনা অতোপ্পগী নুপীশিংগা লোয়ননা কদৌঙৈদস্থ ফমদিন্নরোইদৌবনি। মসিগুম্ন নুপাগী পুনসী মাঙহনবা ভম্ব পোং অমত্তা সংসারদা লৈতে। নুপাগী হকচাংদ লৈরিবা তুখোঙগী মশীংগা চপ মান্নবা চহী লীশিং লীশিং নরক (নোরোক) তাহুনা মহাক লৈ।"

ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদস্থ অস্মুম ইরি— "ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয় অমস্থং বৈশ্যস্থ ওইসনু, মী অহুনা অতোপ্পগী নুপীদা পুক্লীং থিংজিন্দনা লৈরবদি মহাক মীনা ঈকাইখুম্নবিদে, অহুগা মযুমদগী লক্ষ্মীস্থ চংথোকখি। পুনসী অসিদা মহাক মকম পুম্নমক্ত নিন্দ তৌনকম ওইহনা মশাগী তৌগদবা মথৌদস্থ মতীক চাবা মী ওইদে,

অহৗগা শিরবা তুংদসু অন্ধকূপ কৌবা নরক (নোরোক) চহী চামা লৈ। মশাগী মযুমদা লৈবা লোয়নবীবু থাদোক্লগা অতোপ্পগী নুপীবু পোৗনা লৈবা অমসুং হিংল-হিংনমক অশিবগা চপ মান্নবা মী অহৗগী মিংচৎ, লন-থুম অমসুং পুনসী পুমাও মাংখি।"

"অতোপ্পগী লোয়নবী নুপীশিংদা পুক্নীং চঙহনা লৈরিবা মী-শিং অহৗগী ধর্ম্ম করিনো? মিংচৎ করিনো? ইজ্জৎ করিনো? তপ করিনো? বুদ্ধি করিনো? বিদ্যা অমসুং দান করিনো? হায়রবদি হায়রিবশিংসি অমঙ্ক ফাওবা লৈতে।"

স্কন্দ পুরাণদগী খুদম অমা— "অতোপ্পগী নুপীদা পুক্নীং চঙবসি, পুননী, মিংচৎ, পাঙ্গল, নুংঙাইবা অমসুং স্বর্গ ফংববু মাংহল্লী, মরম অসিনা লৌশিংশিংবা মীনা মসিবু থাদোক্কদবনি।"

অথর্ব্ব বেদগী খুদম অমা—" লৈবাক অমদা ব্রাহ্মণনা পাপ বুদ্ধি তৌহনা অতোপ্পগী য়ুমদা অহিং লেপ্পবদি, লৈবাক অহৗগী মঙ অমোম্ন মথোম পীদে, লাবনা লাংগোন পুবা (চিংবা) ওমদে হায়না খঙউ।"

বৃদ্ধ গৌতম স্মৃতিদগী খুদম অমা— "অতোপ্পগী নুপী ছুম্নানবা, অতোপ্পগী নুপীবু নমদুনা তিম্নবা, অতোপ্পগী নুপীবু শীঙ্গিন্নহনা ফমদিন্নবা মী শোয়দনা নরক চংকদবনি।"

মসিগী মরমদা কদায় ফাওবা ইগনি? শাস্ত্র পুন্নমক্ক অতোপ্পগী নুপীগা তিন্নগনু হায়বা অসি লাউহনা লৈরি। মকম অসিদা অতোপ্পগী নুপী হায়রিবসি মপুরোইবা লৈবী নুপীতবু নত্তে, মপুরোইবা লৈতবী নুপীবুসু খঙনগনি। অমঘোমদা

হায়রগা মশাগী ন্‌পী নত্তবা ন্‌পী পুম্নমকপু অতোপ্পগী ন্‌পীনি হায়না লৌগনি।

করিগুম্বদা ন্‌পাগী ময়ুমদা মতম চাদনা ন্‌পী লৈত্তবা (শিখিবা নত্রগা খাইনখিবা) ওইরবদি অহুগা চহী নৌবা মরমদগী মহাক্ন ন্‌পী অমুক খিবা পাম্লবদি, অপাম্ব মপুরোয়বা লৈত্তবী ন্‌পী খিদুনা যুম্বাক্লগা লৈবা য়াই, মহুদা মহাক অহুক হাক্ন দোষ লৈতে, শাস্ত্রনসু অহুক কম্ন খিংদে, শাস্ত্রনা কম্ন খিংবদি মশাগী লোয়নবী নত্তবা অতোপ্পগী লোয়নবীশিংগা শম্নবনচিংবনি। অতোপ্পগী ন্‌পীশিংবুদি মমামকী মতৌগুম য়েংউ হায়রি—

" অতোপ্পগী ন্‌পীশিংবু ঈমাগী মতৌগুম য়েংবা (উবা), অতোপ্পগী মপোং-মচৈশিংবু লৈতৃমগুম য়েংবা অমসুং অতোপ্প জীবশিংবু মশাগী মতৌগুম য়েংবা মী অহুদি অশেংবা য়েংবা মীনি।" (চাণক্য ২/১৩)

অতোপ্পগী লোয়নবীশিংবু ব্রাখল অমা তৌহুনা নত্তবা মীৎয়েং য়েংলাইদবনি অসিগী মরমদা লক্ষ্মণনা য়াম্ন ফজবা খুদম অমা থনম্মি। হনুমান্ন শ্রীরামগী মফমদা সীতানা থাদরম্ব ইন্নখি, কুণ্ডল নাইন-নচিংব। মীয়বদা শ্রীরামনা মসি পুম্নমক অসি "নতৈমা সীতাগীরা" হায়না হংবা মতমদা লক্ষ্মণনা অম্নুম্ন পাউখুম পী—"পাম্বোমদা শিননবা কেয়ূর অনী অহু ঐ খঙদে নাদা শিননবা কুণ্ডল নাইন অনী অহুসু ঐ খঙদে। মুখিং খুদিংগী মাগী চরণদা খুরুমজবা মরমদগী মাগী মখোঙদা শিবা নূপুর (খোঙজি) অনী অহুদি ঐ খঙই।"

লক্ষ্মণনা পীরিবা খুদম অসি মী পুন্নমক্ত খন্দুনা য়েংবা চুম্মি, অদুগা মাগী মতৌগুম্ন চৎননবা হোৎনবস্ত চুম্মি। অতোপ্পগী লোয়ন-বীদা ফজবা মীৎয়েং য়েংহনা মাগা তিন্নগে হোৎনরবদি মী অদু শোয়দনা অরাবা ফংগনি। মরম অসিনা অস্মুম্ন হায়রি—" লঙ্কাগী মপূ রাবণনা সীতা হুরুবদগী, বালীনা সুগ্রীবগী মুপী তরাবু নমদুনা খঙ্গদগী অমস্মুং কীচকনা দ্রৌপদীবু ফারুবদগী, মথরায় মাঙখি। মরম অসিনা পুক্লীংনা ফাওবা অতোপ্পগী মুপীগা শম্নগে হায়না খল্লোইদবনি।" (অনঙ্গ রঙ্গ ৮/১১)

মসিদা নত্তনা মুপা ওইবশিংনা মনীং তম্ন লৈবী বেশ্যাশিংগা (ওক্তবীশিংগা) তিন্নবা অসিমদি পুমথা থাদোক্কদবনি। ফজবা পুন্নমক্কী মনুংদা মসি খ্বাইদগী হেন্ন ফজবনি। মখোয়গা তিন্নরবা মতুংদা মী অদু অমুক হন্ন মীযামগনি হায়বা অসি ওইথোক্কবনি। মী অদুগী মরল মখুমদগী হৌদুনা মশা ফাওবা শোয়দনা মাঙ-গদবনি। মরম অসিদগী শাস্ত্রকারশিংনা অস্মুম্ন হায়—

" মী পুন্নমক্ত বেশ্যাবু শোয়দনা থাদোক্কদবনি। বেশ্যাদি মীগী মরল-মখুম, পুনসী, খরায় অমস্মুং মিংচৎপু মাঙহনবীনি, মরম অসিনা মীবু অরাবা পীদুনা লৈবীনি। মহাক মতম পুন্নমক্ত মশাগী খবক্ত য়েংবীনি, অদুগা অতোপ্পগী খবকপুদি মাঙহনবীনি। মখোয় অসিদি (বেশ্যাশিংসিদি) মখল-মখা অয়াম্ব উপায় তৌদুনা লুপা পৈশা লোননবগীদমক, করিগুম্ব মতমদা নোকই অদুগা করিগুম্ব মতম অমদনা কপ্পী, নুপাবু থাজহল্লী মশামক্তি নুপা অদুবু থাজদে। মরম অসিনা শাগে চাউবা অমস্মুং

অফবা স্বভাব লৈবা মীনা বেশ্যাশিংবু মোংফমগী চকুগুম থাদোক্লদবনি। ”

বেশ্যাবু থাদোকপা অসিগী মরমদা অর্জুননা য়াম্ম ফজরবা খূদম অমা ঐখোয়দা পীরম্মী। ইন্দ্রনা কাম্লকেয়নচিংবা ছিংচাব-শিংবু হাংহন্নবগীদমক মাতলিবু থাদ্না অর্জুনবু ইন্দ্রপুরীদা কৌই। অর্জুননা ইন্দ্রপুরী য়োরবা মতুংদা মাবু পেন্সহনগে হায়বগীদমক উর্বশী কৌবী অপ্সরাবু (দেবতাশিংগী বেশ্যাবু) মাগী মমাঙদা ইন্দ্রনা জগোই শাহল্লী। মতুংদা অর্জুননা উর্বশীবু হাযরপ য়েংখি। মতু উরগা ইন্দ্রনা ওস্তাংতা হায়দুনা অহিংগী মতমদা উর্বশীবু অর্জুনগী মনাক্তা থাহল্লী। অর্জুনগী মনাক্ত উর্বশীনা য়োরবদা, অমস্মুং মহাক্ল লাকপগী মরম পুম্নমক খঙলহনা অর্জুননা মাবু অস্মুম হায়—

“হে শক ফজবী, নিম্দা তৌনফম ওইদবী। ঐ নঙোন্দ চুম্ম হায়গে, নহাক মসিবু তাও। অদুগা মায়কৈ ঙাকপা দেবতা-শিংগা লোয়ননা মায়কৈ তরামকস্মু ঐনা হায়গদৌরিবা বা অসি তাসন্। হে পাপ লৈতবী। নহাকস্মু কুন্তী-মাদ্রী অমস্মুং শচীগী মতৌগুম, ঐগী শাগৈবু পোকপীবা ঈমা অমনি, নহাক ঐগীদি পূজা তৌনফম্মি। হে লাইবক ফবী! নহাকী খুয়াদা কোক থমদুনা গুরুমজরি; নহাক মফম অসিদগী চৎপিয়ো। নহাক্তি ঈমাগী মতৌগুম পূজা তৌনফম্মি, অদুগা ঐদি নহাক্ল নচাগী মতৌগুম য়োক্লফম্মি। ”

মসিনি অফবা মীশিংগী লমচৎ। অসিগুম্ব লমচৎ চত্না লৈরবদি হৌজিক্কী মতমদস্মু মীওইবনা করিগী চাওখৎলোইদবগে ?

হায়রিবা ব্রা-শিং অসি নুপাদগীতা নত্তে নুপীনস্থ অতোপ্প নুপাগা তিন্নদনবা হোংনগদবনি অমস্তুং পূক্লাং শেংনা লৈগদবনি। নত্তবা লমচৎ চত্তুনা লৈরবদি মখোয়না তেৈরিবা অফবা ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্নমক মাঙগনি হায়বা অসি হরিবংশ পুরাণদা অস্থুম্ন ইরি—

"পার্ব্বতীনা অরুন্ধতীগী মফমদা অস্থুম্ন হায়— ফজবা লমচৎ চৎপী হে অরুন্ধতী। অসতী (ওক্তবী) ওইবী নুপীশিংগী দান, উপবাস, পুণ্য ওইবা অফবা থবক পুণাক কৌবা ব্রত অসিনচিংবা পুম্নমক অসি মহয় য়ান্দে। মপুবোযববু নমথাক তেৈনাথম্ব নুপীশিং অমস্থুং অতোপ্প নুপাশিংগা তিন্নহুনা লৈরিবী নুপীশিংসি নরক ভাই মখোয় পুণ্য ফংবা ঙমদে। অহগা অতোপ্প নুপাশিংগা তিন্নহুনা লৈরিবী নুপীশিংগী পাপ অদু কোকুবা প্রাযশ্চিতস্থ লৈতে মখোযদি মতম পুম্নমক্ত পতিত ওইহুনা লৈ।"

মরম অসিনা যত্তবা লমচৎ চত্তুনা লৈবগী মহুত্ত মপুরোয়বা লৈত্রবী নুপীশিংনা মযুম অমুক হন্ন পান্দুনা লৈবনা ফৈ। মঃদদি দোষ অদুক হাক্ল লৈতে, অঃগা ঙম্নবদি পুনসী চুপ্প ব্রহ্মচারিনী ওইহুনা লৈরগা পুণা ওইবা থবকশিং তৌহুনা লৈবা অসি য়াম্ন ফৈ।

মরম অসিনা শাস্ত্রকারশিংনা লাউহুনা তাক্লি—

"য়াম্ন হায়রুরগা করি কান্নগনি? সংসার অসিদা লৈরিবা সাধন (উপায়) পুম্নমক অসি ব্রহ্মচর্য্যগী মন্নুং চনবা ঙাক্তনি। শামুগী খোঙ্গুল মন্নুংদা অতোপ্প জীব পুম্নমক্কী খোঙ্গুল চনব-ঙুম্ন ব্রহ্মচর্য্য অসিদগী হেনবা উপায় অমত্ত লৈতে।"

# চাবা অমসুং তুম্ব

## (1) করম্ম চাবা হৌনৈ

পূক্লীং শেংনা চাননবগীদমক, চাফিডৈগী মমাঙদা নীংথিনা খোঙ-খূৎ হামদোক্কদবনি ; খোঙ হামদোক্লবদি খোঙদা পক্লনা লৈবা ফত্ত-হাওদি পূম্নমক অমত্ত লৈরোই। মসিদা নত্তনা খোঙ চোংনা চাবগী কান্নববু ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরদা অস্মুম্ন হায়রি—

" খোঙ চোংনা চাবা-থকপা তৌগদবনি, অদুগা খোঙ চোংনা তুমগে হায়না খক হীপ্লোইদবনি। খোঙ শেংনা হামদোক্লগা খোঙ চোংনা চাবা থকপা ভৌদুনা লৈবা মী চহী চামা ফাওবা পুনসীদুনা লৈ। ( মহাভারত অনুঃ শাঃ পর্ব্ব )

চাক চারগে হায়না ফম্নবা মতমদা মাঙদা থম্লিবা চাক-এঙ্গাংনচিংবা পূম্নমক অদুবু পরমাত্মা ব্রহ্মমক্লি হায়না খন্দূনা, মদুগী উপাসনা তৌগদবনি, মদুগী ( চাননবা পোংশিং অদুগী ) কদোৌঙৈদসু নিন্দা ( ফৈ ফত্তে ) তৌরোইদবনি। মসিগী মরমদা উপনিষৎশিংদা অস্মুম্ন হায়রি—" চিঙ্গাকপূ ব্রহ্মমক্লি হায়না খঙউ।" " চিঙ্গাকপূ ব্রহ্মনি হায়না নীংদুনা উপাসনা তৌ।" " চিঙ্গাকী নিন্দা খক তৌগনু।" "চান-নবা চিঙ্গাকপূ ব্রহ্মনি হায়না উপাসনা তৌদুনা লৈংবা মীনা মথল-মথা অয়াম্ব চিঙ্গাক পুম্নমক ফংই।"

মনুস্মৃতিদা ভগবান্ মনুনা অস্মুম্ন হায়রি— ' চাগদোরিধা চাক-এঙ্গাংনচিংবগী পূজা তৌগদবনি, মদুবু অহাউ-হাউতা থিদুনা নিন্দা ভৌরোইদবনি, মদু উবমক্তদা পুক্লীং মুঙাইনা লৈগদবনি

অমম্মুং পুক্কীং মকা লাম্ন লৈগদবনি অহুগা অসিগুম্ব চাননবা চিঙ্গাক অসি মতম পুম্নমক্ত ঐখোয়বু ফংহল্লুনা লৈসমু হায়না পুক্কীংদা খুরমগদবনি।”

মম্মুম তৌঙনা চারিবা চিঙ্গাক অহুদগী করি কান্নবগে হায়বা অহুম্মু হাযরি—

“মতৌ অম্মুম্ন পূজা তৌরগা চারিবা চিঙ্গাক অদুনা মী অদুগী পাঙ্গল অমম্মুং হকচাংগী মঙাল (কান্তি) পী। অদুগা পূজা তৌদনা চাবা চিঙ্গাক্নুদি চারিবা মীগী পাঙ্গল অমম্মুং হকচাংগী মঙাল পীদে।”

অহুগী মতুংনা ভূতবলিগীদমক † অতোপ্প জীবশিংনা চাজনবা) লা মচেৎ অমদা চিঙ্গাক (চাক-এঙ্গাংনচিংবা) অদু শেংনা খরদং লৌখোক্লুনা থম্নগা, চাগদৌরিবা চিঙ্গাক অহুবু, ভগবানবু নীং-শিংজদুনা মঙোন্দ কংকদবনি। মতৌ অম্মুম্ন চাত্রবদি চিঙ্গাক অহু অশেংবা নত্তে হায়না শাস্ত্রনা তাক্লি—

“চাবা থকপা তৌত্রিতৈদগী মমাঙদা শ্রীভগবান্ বিষ্ণুদা কত্রবদি চিঙ্গাক অহু অমাংবগা (থীগা) অমম্মুং ঈশিং অহু হকী ঈশিংগা (খুংগা) চপ মাগ্নি।”

মরম অসিনা অহানবদা চাগদৌরিবা চাক-নচিংবা অদু ভগবান্দ কংকদবনি, মতুংদা ঈশিং খরা লৌরগা লৈবাক্ত থাদ-গনি অদুগা অমুক হন্ন ঈশিং লৌহুনা আচমন তৌগদবনি। অদুগী তুংদা অহানবদা অপীকপা (এঙ্গাং তোংলবা চাক মর়

† কর্ম্মগী লম্বীদা পঞ্চ মহাযজ্ঞদা তাক্লিবদু পাবিয়ু।

ন্থরেৎ নীপালনা শাবা ) চথেমে মঙা " ওঁ প্রাণায় স্বাহা, ওঁ অপানায় স্বাহা, ওঁ ব্যানায় স্বাহা, ওঁ সমানায় স্বাহা, ওঁ উদানায় স্বাহা "— হায়না পুক্লীংদা শোনবা মন্ত্র খুদিংগা লোয়ননা চাগদবনি, অদুগী মতুংদা অমুক হন্ন খুত্ত ঈশিং লৌরগা আচমন তৌগদবনি। মসিবু প্রাণমঙাগী অহুতি কৌই। অদুগী তুংদা রা ডাঙদনা তুমিন্ন চাগদ বনি অমস্থুং চাবা লোইরবা তুংদস্থ আচমন তৌরগা হৌগৎকদবনি।

চাবা মতমদা করম-করম্ব মাযকৈ ওন্দূনা চারগা করম করম্ব মহয় ফংবগে হাযবদুবুস্থ মহাভারত্ত ভীষ্মনা অস্থম্ন তাক্রি—

"মায় নোংপোক ওন্দূনা তুমিন্ন চাক চাগদবনি, অহাউ-হাউতা থিদুনা চারিবা চাক এঙ্গাং অদুগী নিন্দা তে রোইদবনি। নোংপোক ওন্দূনা চারবদি পুনসী শাংই, মখা ওন্দূনা চারবদি মিং চংলী, নোংচুপ ওন্দূনা চারবদি পুণ্য ফংই ( অযবা থবক তৌদুনা লৈ ) অমস্থুং অরাং ওন্দূনা চারবদি সত্য ফংই ( অশেংবা অচুম্ব রা ডাঙই )।"

মথক্ত হাযরিবা চাবগী নিয়ম অসি নুমিৎ খুদিংগী শোযদনা তৌগদবা নিত্যকর্ম্মনি। মহাযজ্ঞ মঙাদি অযুক্ত তৌগদবনি অমস্থুং অশেংবা চিঞ্জাক চাদুনা লৈগদবনি। অশেংবা ( পুক্লীং শেংনা তানবা ) ললনা লৈহ্নুনা চারিবা চিঞ্জাক অশেংবনি অচুম্ব থবক তৌরগা মদুদগী মতীক চানা ফংলিবা শেল অদু অশেংবনি। নমথাক তৌহ্নুনা অমস্থুং ফত্তবা উপায় লৌদূনা তানশিনবা শেল অশেংবা নত্তে। মরম অসিনা অসিগুম্ব শেলনা লৈদুনা চারিবা চিঞ্জাক্তু অফবা অমস্থুং অশেংবা নত্তে। মদুগুম্ব চিঞ্জাক চাদুনা

লৈবা মীশিংগী পুক্নীং কদোৌঙেদম্ব শেংবা ঙম্মোই। মন (পুক্নীং) অসি ঐখোয়না চারিবা চিঞ্জাক্ন শাহুনা লৈব্য পোং অমনি। মরম অসিনা চারিবা চিঞ্জাক্কী মতুং ইন্ন মনগী মশক ওই। চিঞ্জাক শেংলবদি মন শেংই, চিঞ্জাক শেংদ্রবদি মন শেংদে। মন চিঞ্জাক্ন শাই হায়বসি উদ্দালক ঋষিনা মচা শ্বেতকেতুবু অম্মুম্ন তাকই—

"চাখিবা চিঞ্জাক অসি অহুমথোক্ন খায়রুই, মগ্রদি—চাখিবা চিঞ্জাক অহুদগী খোক্লকপা খ্বাইদগী পৌবা শরুক অহু "থী" ওই, ময়ায ওইনা পৌবা শরুক অহুনা তোংশা, শরুনচিংবা ওই অহুগা খ্বাইদগী কূপ্প শরুক অহু মন ওইহুনা লৈ। মরম অসিনা হে নুংশিবা শ্বেতকেতু। মন অসি চারিবা চিঞ্জাক্ন শাবনি।

ফিভম অসিদা চারিবা চিঞ্জাক অহু অশেংবা ওইদ্রবদি কত্তবা মন ওইবা শোয়দবনি। অশেংবা চিঞ্জাক চাদ্বনা মন শেংনা মকা লাম্ন লৈরবদি বুদ্ধিস্ব শোয়দনা ফগনি। মসিবুস্ব অম্মুম্ন তাক্নি—

চিঞ্জাক শেংলবদি মন শেংগনি, মন শেংলবদি শোয়দনা বুদ্ধি শেংহুনা করি তৌবা হৌনৈ অমসুং হৌনদে হায়বা নীংথিনা খঙগনি। মসিগুম্ব বুদ্ধি লাক্লবদি মহুদগী আত্মাগী অশেংবা মশক খঙহুনা কিশি কিহুনা লৈরিবা পূম্নমক নাম্থোকনি। অনাত্মা ওইবা ভাইবংশানবগী মওঙ খঙহুনা মহুদা অপাম্বা থাদোক্লগা পরমাত্মাগী অশেংবা মওঙদা লৈবা ঙমগনি)।"

মরম অসিনা অফবা থবক তৌরগা মহুদগী অশেংবা শেংলনা লৈহুনা অশেংবা চিঞ্জাক চাগদবনি।

হৌজিক মথক্ত পনখিবা মহাযজ্ঞ মঙা অদু করি করিনো হায়রবদু খঙসি –

য়ুম্বানবশিংগী য়ুমদা মুমিং খুদিংগী মহৃদা লৈবা মীনা য়ুমগী মফম মঙাদা মরাল লৈজদবা জীবশিং হাত্নুনা পাপ তৌই। মহ মখোয়না থৌওইনা হাংকে নীংদুনা হাল্লবস্থ হৌনশা ওইনা থোক্তুনা লৈ। মহুদগী পাপ কংই। মফম মঙা অদু মনুস্মৃতিদা অম্বম তাক্লি—য়ুম্বানবা মীগী য়ুমদা জীবশিংবু হাংকে নীংলুদনা হাৎনবা মফম মঙাখক লৈ, মহুদি ফুঙ্গা, চক্কী (চক্রী) কোন-ফেঙনক্কম, শুম্বন অমসুং ঈশিং চফু মঙা অসিনি। মঙা অসিবু শীজিন্নবা মতমদা জীব খরা শিবা মরম্ন পাপ ওই। মরম অসিনা মখোয় পুম্নমক অসিদগী ওইগদবা পাপ কোক্লনবগীদমক মহর্ষিশিংনা মথং মথং লেপ্তুনা মহাযজ্ঞ মঙা য়ুম্বানবা মীগীদমক মুমিং খুদিংগী তৌ হায়না তাক্লি — মহাযজ্ঞ মঙা অহুদি (১) দেব যজ্ঞ (২) ভূত যজ্ঞ (৩) পিতৃ যজ্ঞ (৪) ব্রহ্মযজ্ঞ অমসুং (৫) মনুষ্য যজ্ঞ— মঙা অসি মহাযজ্ঞনি। মঙা অসিবু করম্ন তৌগদগে হায়বদু তোপ্প তোপ্প খঙসি —

(১) দেব যজ্ঞ -দেবতাশিংগীদমক (লাইশিংগীদমক) স্বাহা হায়দুনা মৈদা হোম পীদুনা (মৈদা কংপদু) দেব যজ্ঞনি। অয়ুক্কী চাক চাগ্রিঙৈগী মমাঙদা তেংগোং অমদা থোংলিবা চাক-এন্নাং পুম্নমক অদুদগী খজিক খজিক্কং লৌরগা— "হে দেবতা পুম্নমক! নখোয়গীদমক ঐখোয়না ঙমল্লবা চাক-এন্নাং খরদং কচ্চরি, নখোয়না মসি চারগা পেনবীয়ু" হায়না পুক্নীংদা সংকল্প

তৌরগা (লেপ্লগা) ফুন্নাগী মৈদা -"সর্ব্বেভ্যো দেবেভ্যঃ স্বাহা" "লাই পুম্নমক কচরি" হায়দুনা কংকদবনি। মসিবু দেবযজ্ঞ কৌই।

দেব যজ্ঞ তৌবা অসিদগী জীব হাংপগী পাপ কোকপদ নত্তনা অতোপ্প য়াম্ন চাউবা মহয়বুসু ফংই হায়বসি গীতাদা শ্রীভগবান্ন অস্মুম্ন তাকই—

"প্রজাপতি ব্রহ্মানা প্রজাশিংবু অস্মুম্ন হায় -যজ্ঞ অসিনা দেবতাশিংবু পেলহল্লু, দেবতাশিং অদুনসু নখোয়বু পেলহনগনি। মতৌ অস্মুম্ন অমনা অমবু পেলহন্নদুনা নখোয়না অথোইবা খুবম ফংগনি। নখোয়না তৌরিবা যজ্ঞ অদুগী দেবতাশিংনা পেন্দুনা নখোয়দা ভোগ্য ওইবা অপাম্ব পোৎ পীগনি। অদুগা মখোয়না পীরিবা পোৎ অদুবু মী অদুনা মখোয়গী শরুক তমদনা চারবদি মহাক হূরানবা মীনি। মতৌ অস্মুম্ন দেবতাশিংগীদমক যজ্ঞ তৌরগা মতুংদা অদুদগী লেমহৌবা অদু চাদুনা লৈবা মী-শিং পাপ পুম্নমক্কগী কোকই। অদুগা মী-শিং অদুনা মশা মশাগী-দমক চাননবা থোংনবদি পাপী ওইবা মখোয়শিং অদুনা পাপ-তবু চাদুনা লৈ।"

(২) ভূত যজ্ঞ—চান-থক্নবা পুখম তেংগোৎনচিংবদা লাকইবা (হাপ্লিবা) পোৎ পুম্নমক অদুদগী, লা মচেৎ অমদা নক্রগা তেংগোৎ অমদা থয়া থয়া পৌরগা তোপনা শেংনা থমগদবনি। মদুগী মতুংদা চাব-থকপা লোইরগা চীন-য়া অমস্মুং খুৎ শেং-দোক্নুনা শেংনা থম্নিবদু লৌরগা অশেংবা অচীকপা মকম

অমদা—"হে উচেক-রায়া, তীল-কাঙেনচিংবা পুন্নমক' নখোয়-গীদমক ঐন্না পীরিবসি চাবগা পেল্লু" হায়দুনা খরা চাইথোক্ল থম্লমগদবনি। মসিবু ভূতবলি নত্রগা ভূতযজ্ঞ কৌই।

(৩) পিতৃ যজ্ঞ—নুমিৎ খুদিংগী ঈরুজবা লোইরবা মতুংদা মায় মথা ওন্দুনা "ঐগী শাগৈদা শিখিবা অহল-লম্মন ওইবা পিতরশিংবু ঐনা ঙমজবা ঈশিং খুজোক অহুমদং কচ্চরি, মসিনা মখোয় পেনবিয়ু" হায়না পূক্নীংদা সংকল্প (লেপ্প) তৌরগা ঈশিং খুজোক অহুম পীগদবনি। মসিবু নুমিৎ খুদিংগী তৌগদবা পিতৃযজ্ঞ কৌই।

(৪) ঋষি যজ্ঞ নত্রগা ব্রহ্মযজ্ঞ— ঋষিশিংনা ঐখোযগী কান্নবগীদমক লেংদু (ইদুনা) থম্বীবম্ব লাইরিকশিংগী মনুংদগী অপাম্ব গীতা, উপনিষৎনচিংবা লাইরিক অমা লোরগা মদুবু পাবা অমস্তুং মতুদা ইরিবা রাশিংগী মরমদা বিচার তৌদুনা থঙেননবা হোৎনবা অসি ঋষিশিংবু পেন্ননবা তৌবা যজ্ঞনি। মসিবু ব্রহ্মযজ্ঞ হায়না কৌই।

(৫) মনুষ্যযজ্ঞ— ভিক্ষা তৌবা লাকপা মীবু ঙমজবা চেঙ খুয়া অমা- অনীদং ভক্তিগা লোয়ননা নুমিৎ খুদিংগী পীবা নত্রগা অরাপ্পদগী লাকপা মীবু চান-থবু বা পীদুনা সেবা তৌবসি মনুষ্যযজ্ঞনি।

মথক্ত হায়খ্রিবা মহাযজ্ঞ মঙাসি নুমিৎ খুদিংগী শোয়দনা তৌগদবনি। মরম অসিনা মঙা অসি মীপুম খুদিংমক্কী নিত্যকর্ম্মনি।

"হায়রিবা মহাযজ্ঞ মঙা অসিবু ঙম্বমখৈ থাদোক্তনা তৌদ্রনা লৈরবদি মহাক য়ুমদা লৈরবস্থ মথক্ত হায়খিবা স্থনা দোষশিং (মফম মঙাদা জীবশিংবু হাৎপগী পাপশিং) কংদে।" হায়না মন্নস্মৃতিদা হায়রি।

গীতাদদি অসি ফাওবা হায়রি, মহুদি— "যজ্ঞ তৌবদগী লেমহৌরিবা পোংশিং অদু অমৃতনি। অমৃত অদুবু চাদুনা লৈবা মী-শিংনা সনাতন (মতম পুম্নমক্ত তেক্ত-কায়দনা লৈবা) ব্রহ্মাবু ফংবা ঙমই। যজ্ঞ তৌদবা মীগীদি লোক অসি ফাওবা লৈতে হায়বদি হৌজিক হিংলিঙৈগী মতম অসি পুক্লীং শেংনা করিগুম্ব থবক অমত্ত তৌবা ঙমদবা মরমদগী পুনসী মহয় য়ানবা ঙমদে, হে কুরুশিংগী মনুংদা অথোইবা অর্জুন। অসিগুম্ব মীনা শিরবা মতুংদা করম্ব অফবা খুভম ফংবা ঙমগনি ?" (গীতা ৪/৩১)

মতৌ অম্মুম্ন অয়ুক্কী চাবা-থকপা তৌদ্রিঙৈদা মহাযজ্ঞ মঙাসিবু শোয়দনা তৌগদবনি। মহাযজ্ঞ মঙাবু তৌরগা চাবা-থকপা তৌদ্রনা লৈরিবা মী-শিংনা ,মতম পুম্নমক্ত চাওখৎপা অমস্তুং নুংঙাই-য়াইকবা খুভমবু ফংগনি।

## (ii) করম্ন তুম্ব হৌনৈ

ঐখোয়না মতম পুম্নমক্ত কোকপু মখা নক্রগা নোংপোক থংবা মায়কৈরোমদা থম্নগা হীগুনা তুমগদবনি; কদৌঙৈদস্থ হীম্ম মতমদা কোকপু অৱাং নক্রগা নোংচুপ থংবা মায়কৈরোমদা থম্মাই-দবনি। মসিগী মরমদা বৈখানস গৃহ্যসূত্র কৌবা শাস্ত্রনা অম্মুম্ন

তাক্লি— "নোংচুপ অমম্লং অরাংথংবা মায়কৈরোমদা কোক থমহনা তুম্মোইদবনি।" মহাভারত পুরাণদস্থ ভীষ্মনা যুধিষ্ঠির মহারাজবু অস্থুম হায়—

"কোক অরাং ওন্দূনা তুম্মোইদবনি অহুগা নোংচুপলোমদস্থ কোক থমহনা তুম্মোইদবনি। লৌশিং তাবা (লৈবা) মীনা নোংপোকলোমদা নত্রগা মখা থংবা মায়কৈরোমদা কোক থমহনা হীপ্নগা তুমগদবনি।

মসিগী মরমদি নোংচুপলোমদা কোক থমহনা তুম্নবদি নোং-পোকলোমদা খোঙ তিংথোক্নুনা লৈবা শোয়দবনি। শাস্ত্রদা নোংপোক থংবা মায়কৈ অসি দেবতাশিংগীনি হায়না তাক্লি। শুক্ল যজুর্ব্বেদগী শতপথ ব্রাহ্মণদা সোমযাগগীদমক প্রাচীনবংশশালা কদায়দা শাবা হৌনৈ তাকপা মতমদা অস্থুম হায়রি—

" নোংপোক থংবা মায়কৈ অসি দেবতাশিংগীনি, মমাঙঙৈদা দেবতাশিংনা নোংচুপ থংবদা লৈবা মী-শিংবু মায়থীবা পীখি, মরম অসিনা মীওইবশিংদগী নোংপোক থংবা মায়কৈদা লৈরগা যজ্ঞদা হোম পীগদবনি। অহুগা মরম অসিগীদমক নোংচুপ্ত কোক থমহনা তুম্নোইদবনি (হীপ্নোইদবনি)। মতৌ অস্থুম তৌপ্রবদি হায়বদি কোক নোংচুপ ওন্দুনা হীপ্লবদি নত্রগা তুম্নবদি দেবতাশিংলোমদা খোঙ তিংথোক্নুনা হায়বদি খোঙ ওনশিন্দুনা তুম্ব তাই (মাহু দেবতাশিংগী অপমান ওইবা মরম ফত্তে)।"

মতৌ অস্থুম দেবতাশিংবু অপমান তৌবা মরমদগী মখোয়না ঐখোয়গী স্থকমদা শাউরবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী হকচাংবু

নীংথিনা থম্ব ঙম্মোই। মরম অসিদগী আয়ুর্ব্বেদগী লাইরিক্তম্ব অম্মুম্ন ইরি—

" নোংপোক থংবা মায়কৈদা লৈবা দেবতাশিংগী পূজা তৌন-নবগীদমক হৌপ্প মতমদা কোক নোংপোক ওনগদবনি।"

অদুগা কোক অরাং ওন্দুনা হৌপকন্নু অমস্তুং ভূমগন্নু হায়বা অসিদি বিজ্ঞানগী রা-নি। ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসি মাগী অরাংথংবা ভমথৈবু (North Pole) বু খুং মচীনগুম ধুরী (Axis) ওইনা থমহুনা মহুবু মতম পুম্নমক্ত অরাং থংবা-মায়-কৈতদা লৈবা থোকপা ধ্রুব (Polar Star) কৌবা থরাম্মিচাক্কী মায়কৈদা থম্নগা নুমিংকী অকোয়বদা চত্তুনা উংদুনা লৈ, মাগী (পৃথিবীগী) অরাংথংবা ধুরী অদু কদৌঙৈদম্নু ধ্রুবদগী থজিত্তুং ফাওবা মায় ওন্থোক্তনা মতম পুম্নমক্ত লৈম্নি (Line) অমত্তদা লৈ। মসিগী মরমদি মতম পুম্নমক্ত ধ্রুবনা য়াম্ন কম্ন চিংশিন্দুনা পৃথিবীসিবু থম্মী, পৃথিবীগী ধুরী অদুবু অতৈ অমরোমদা থক লেঙহন্দে। অদুগা পৃথিবীগী মখা থংবা ভমথৈগী (South Pole)-গী লৈয়িদদি আকাশদা ধ্রুবগুম্ব থরাম্মিচাক অমত্ত লৈতে, মরম অসিনা মখারোমদা পৃথিবীবু চিংশিন্নবা শক্তি (পাঙ্গল) লৈতে, অদুগা অরাং থংবদা লৈবা ধ্রুবনা মাগী চিংশিন্নবা শক্তি অম্ন-দগী পৃথিবীদা লৈবা পোৎ পুম্নমকপু মাঙোল্লোমদা চিংশিন্দুনা থমঈ। ক্বিভম অসিদা ঐখোয়না অরাং ওন্দুনা ভূম্নবদি হুমিদাংদা চাখিবা পোৎ পুম্নমক্তু থকলোমদা চিংখত্তুনা লৈগনি, মখোম্ন মখারোমদা নীংথিনা চৎখিবা ঙম্মোই; মহুদগী চাখি-থকরিবা

পোৎশিং অদু নীংথিনা তুম্ব ওম্মোই, মথকলোমদা মনম নমথিব ফত্তবা মুংশিং লাকনি, পূক মুংশিং কাগনি অদুগা মুংশাম্বর হোনবস্থ ফুনগংনা অমস্থং থানা হোনগনি। মতৌ অস্থুম নুমিং খুদিংগী লৈরবদি হকচাং ফংলকবা শোয়দবনি। অদুগা কোক মথা মায়কৈ ওন্দুনা তুমবদি খোঙনা অরাংলোমদা লৈবা মরম-দগী চাখি-থকখিবা পূমমক হকচাংগী মথকলোমদগী মথারোমদা চৎপদা অপনবা অমত্ত লৈরোই, মতুদা ক্রুবগী চিংশিন্নবা শক্তি অদু মতেং পাংদুনা লৈগনি। অদুগা নুংশাম্বর হোনবস্থ কোম্ন থোকনি, মদুদগী হকচাং নীংথিনা লৈবা অমস্থং হকচাং ফবা ওমগনি।

অদুগা মসিগী ওন্ন-তৈননা কনাগুম্বনা মাগী শিরমদাই য়ো-রকপা মত্তমদদি মী অদুগী কোক অদু অরাংলোমদা ওলহনগদবনি। মতুদগী মী অদু নুংঙাইনা শিদুনা অফবা গতি ফংবা ওমগনি। মরমদি ঐখোয়গী হকচাং অসিদা থরায় চৎথোকখিনবা মরুওইবা থোঙ মাপল লৈ। হকচাংগী মথা থংবা শরীরক্ত মলদ্বার (অমাং-থোঙ) অমস্থং মূত্রদ্বার (ঈশিংথোঙ) অনা লৈ, মথক থংবা শরীরকী কোক্ত— চীন, নাতোল অহোবা অনী, মীৎ অনী অমস্থং নাকোং অনী পূম্ন থোঙ তরেৎ লৈ; মতৌ অস্থুম পূম্ন থোঙ মাপল লৈ। অদুগা শিখা থাক্তরিবা মফম অদুদা ব্রহ্মরন্ধ্র কৌবা থোঙ অমগস্থ লৈ, মদু তিনশিন্নবদি থোঙ তরা শুই। তরাশুবা থোঙ অসিদি মরাইবক ফবা যোগীশিংতনা শিবা মতমদা মাসিদা চৎলি, মসিদা অতোপ্প মীগী থরায় চৎপা ওমদে। শিরমদাইনা

থরায় চৎপা ঙমদে। শিরমদাইদা শিগদৌরবা মী অহুগী কোক অহু অরাংলোমদা ওল্লবদি মাগী থরায় অদু ধ্রুবগী চিংশিন্নবা শক্তি অহুনা থরায়বু মথক্লোমদা চিংখত্তুনা কোকলোমদা লাক্লগা কোক্ত নৈবা থোঙ তরেৎকী মনুংদা থোঙ অমা লৌদুনা থরায়না মপাল থোকখিগনি। ১ হুদগী শিরবা মা অহুগী জীবাত্মানা (থরায়না) অফবা গতি ফংগনি। মরমদি কোক্ত নৈবা থোঙ অফবা গতিগীনি। অদুগা শিরমদাইদা মী অদুগী কোক মথা মায়কৈ ওল্লবদি হকচাংগী মথারোমদা নৈবা মলদ্বার অমসুং মূত্রদ্বাব থোঙ অনীসিনা অরাংলোমদা লৈখিবা মরমদগী মদোমদা ধ্রুবগী চিংশিন্নবা শক্তিনা চিংখিদুনা থরায় চৎখিবা থোক্লবদি মী অদুগী থরায়না ফত্তবা গতি ফংগনি। মরম অসিনা মসিবু থঙবা মীশিংনা শিরমদাই য়োরবা মীবু মাগী মকোক অহু অরাং ওন্নবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। শিবা মতমদা থোঙ তরাসিগী মনুংদা থোঙ অমা লৌরগা থরায়না হকচাংদগী চৎথি হায়বা অসি ধর্ম্ম শাস্ত্র অমসুং যোগ শাস্ত্রনা তাক্লি। মরম অসিনা অসিগুম্ব অথূপ্প রা অসিবু থঙলগা হকচাং ফম্মা অমসুং ফনা নৈরিঙৈগী মতমদা ভূম্ব-হীপ্প অসিদা কোক অমা মায়কৈ ওনগদবনি নত্তগা নোংপোক ওনগদবনি। শিরমদাই য়োমরবা মীদি মাগী মকোক অহু অরাং ওন্দূনা থম্মগা হোৎনবসি মতম অদুদা অমসুং মফম অদুদা নৈবা পাম্মুবা



## শ্রীমৎপরমহংসগী কোৎলবা লাইরিকশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। | ভক্তিগী লম্বী | মমল লুপা ৬৲ |
| ২। | জ্ঞানগী লম্বী | ” ৬৲ |
| ৩। | কর্ম্মগী লম্বী | ” ১২৲ |
| ৪। | ব্রহ্মচর্য্য | ” ২৲ |
| ৫। | অবতারগী অথুপ্পা বা | ” ৩৲ |
| ৬। | শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা অহানবা শরুক | ” ২৫ |
| ৭। | শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা অনীশুবা শরুক | ” ২৫৲ |
| ৮। | শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা অহুমশুবা শরুক ( প্রেসদা ) | ” - |

---